# ওঝা

*Sanctioned in my favour under C.C.'s*
*order No. 31—2/65—SE*
*for publication*

# ওঝা

BY:—

শ্রীবাহেংবম নিমাইচান্দ সিংহ

খুরাই অহোঙ্গৈ

Published by:—

শ্রীঅচোম চিত্রভানু সিংহ

থাংজম লৈকাই




অরিবা ওয়াগী অরমদা খিগৎচবদা ইতেং পাংবীরকপা-

শ্রীগুরু অরিবম নিমাইচান্দ শর্ম্মা

Prop.—Seva Stores. Imphal,

শ্রীবাহেংবম বাবু সিংহ

Head Master Khurai Ahongei

Junior High School

অইবা




*Printed by* :—Th. Kalachand Deva,
The Seven Union Press, Imphal
Copies—1000, *1st Edition 1968*
Rs.—2·75

## -রাহৈ থরম্‌—

লাইরিকসি তোঙান তোঙানবা ওঝা হায়বসি কনানো? মথৌনা করিনো হায়বগী মরমদা শন্দোক্লা পুনশিনলে। মখল মখলগী Quotation য়াওয়ে; রাহৈদোক ওইনা মহৈ-মশিং তমথৎলকপগী অশমবা ইতিহাস উজরে।

রহৈদোক্লা মক ওইনা মমাংগৈগী ভারত্তা তমলম্বগী নিয়ম নৈনরে। Sixth century B. C.—Ancient persians, Second century B. C.—Parsis, Eight century B.C. —Arabs, Eleventh and Succeeding centuries—Muslims, 16th century and succeeding centuries —English পুম্নমক শমলপ্না হাপচরে, তম্বগী মতাংদা নৈনরে।

ওঝাগা ছাত্রগা লৈনগদবা মরি, সুংশিনগদবা খুৎসুংশি, ছাত্রগী তৌগদবা মথৌ, ওঝাগী মওং-মতৌ, মথৌনা, সমাজনা ওঝাদা করম্বা মিৎয়েংনা য়েংবীগনি, ওঝা কনানো? খিজিনজরে।

রাহৈ-রাতা; Punctuation গী মতাংদা অকাইবা য়াওরবা, চুমথোক্লবা হোৎনজগে।

অইবা
ইম্ফাল

২৬।১।১৯৬৬ ইং

Sellected Quotations have been grouped, to help the Reader in all portions for each of the terms.

( I )

Without good teachers, even the best of systems is bound to fail, with good teachers, even the defects of a system can be largely overcome.

*Humayun Kabir.*

( II )

Woe to the teacher who teaches one thing with the lips and carring another in the heart.

*Gandhiji*

( III )

A teacher can never teach nuless he is still learning himself.

*Tagore*

( IV )

A teacher whose soul is wrinkled and whose heart is atrophied, who is devoid of energy and enthusiasm, capacity and character and who simply marks time, his eyes fixed on the calender, is a disgrace to the profession and a cursh on Soceity—he is a spiritual alchemist charge with the sacred work of creating cultured citizens.

*S. Balakrishna Joshi*

( V )

Thier (teachers) own character should be such that there is no difference between what they say and do. When we act upon this ideal then alone we can be sure of a bright future for our own country.

*Dr. Rajendra Prasad*

( VI )

The teacher is a guide and director, he steers the boat but the energy that propels it must come from those who are learning.

*Dewey*

( VII )

The great hope of society is individual character.

*Bubha*

( VIII )

The first principle of true teaching is that nothing can be taught. The teacher is not an instructor or a task master, he is a helper and a guide. His business is to suggest and not to impose. He does not actually train the puplis mind, he shows him how to perfect his instrument of knowledge and helps and encourages him in the process. He does not impart knowledge to him, he shows him how to acquire knowledge for himself. He does not call forth

the knowledge that is with in, he only shows him where it lies and how it can be habituated to rise to the surface.

*Aurobindo*

( IX )

The teacher is a maker of man.

*John Adams*

( X )

A handful of patience ia worth more than a bushel of Brain.

*Dutch pro'verb*

# ওঝা

## -ঝাহৌদোক-

মমাংঙৈগী মীওইশিংনা মহৈ-মশিংগী মরমদা থক্লাই য়াম্না য়াওনরম্মী। তম্বগা ধর্ম্মগা থানবা য়ানদবগুম য়াম্না নক্লবা মরিদা লৈরম্মী। "পাম্বী কয়াম্সু মালিনা শেম্মিংবা মঙংদা শেম্মী। মীওইবসু মহৈনা পুনিংবা মকমদা পুই। মহৈ হায়বসি কদাইদগী কয়মতৌনা থোংকলকই?" ওঝাগী মতেংদা তম্বা অমস্তুং হৌদোকপা অনি অসিবু হোৎনবা হায়বসিনা মতেং অমুক পাংবদগী থোকলকপনি।

মীওইবগী লমচৎ হায়বসি মহৈগী থুপ্লবা কাচিন অমদা লোৎতুনা লৈ। "মীওইবদি তিময়িবা সঙ্গ অত্তুগী মতুং ইন্না।" কত্তবা তৌরুবা কয়ানা, মাগী অকবা থবক কয়াদা মীনা "কপশিন্নবগী পিরাংগুম থোকখি।" তশেংনা অকবা থবক কয়াদু "উন্না মুংশা মঙান্দা তুমখিবগুম" খংহৌদনা মাংখি।

মীওইবনা "য়েংনা উগা তিনরুবদগী তাউই" হাইবসি কাওরোইদবনি। ইচম চম্বা মহৈনদি মপুং ফাবা থক ওইবা

য়াদে। মীহাৎপা রতনাকরনা লাইরৈবাক্কী ঋষিশিংবু ওঝা ওইবা কংজবদগী "ময়েক অনিদা ওইবা রাম হায়বা নাম অহু খংখিবদগী পৃথি শাওরবা রমায়ণ ইহুনা অকাওবা পণ্ডিত ওইখি।"

নুমিৎ, থা, থরানমিচাক অমদি মৈ, ঈশিং, নুংশীৎ পুম্ন-মকপু লাইনি হাইনা মমাংদৈগী মীওইশিংনা ইয়াৎ পুজা তৌনরম্মী। মতম অসিদা ধর্ম্মদা তম্বা হাইবসি লুপ্তনা লৈরম্মী। তম্বগী থবকসি অককনবা ওইরমদে। ওঝা ওইবগী মথৌনা ব্রাহ্মণ অমসুং ঋষিশিংনা পাংথোকলম্মী।

পাঠশালা, টোলস, পরিষদ হাইনা হিন্দুশিংগী তম্ফম অহুম থোক্না থাইদোক্লম্মী। অহানবা মতাংনা পাঠশালানি। অককনবা স্কুলগী মতম, স্কুলশং, ছাপা তৌরবা লাইরিক অমতা শিজিন্নদে। মফম মতমগী মতুং ইন্না চৎথে। ওঝানা খ্বাইদগী রাংবা থাক্কী মী ওইনা সমাজনা ইকাই খুম্নে।

অনিশুবা তম্ফমদি টোলস হাইবসিনি। মসি হায় স্কুলগী মতাংনি। মসিদা ব্রাহ্মণ মচাশিংনা তম্নে। ছাত্রশিংনা গুরুগী ময়ুমদা চহি কয়া চুপ্পা লৈ। ওঝানা চান থরুবা, শেৎন থোৎ-নবা ছাত্রশিংদা পি। ওঝাগা ছাত্রগা মপা-মচা ওইবগী মুংশীনবা অহুগুম মুংশিনৈ। লানগী লানওং, কজবা নিতি কয়াগা লোইননা ধর্ম্মগী লাইশোল অমসুং বেদদা য়াওরিবশিংহু ঈশৈ ওইনা তম্মী।

অহুমশুবা মতাংগী তম্ফমনা পরিষদ হাইবসিনি। মতাং অসিদা অহৈবা ব্রাহ্মণশিংনা মরু ওইনা তম্মী। ধর্ম্ম শাস্ত্রনিতি

পুন্নমক তম্বগা লোইননা লৈবাক ঙাক্লোন কম্নানা নিংথৌগী মতেং পাংনবা হোৎনৈ।

মুসলিমশিংগীস্থ তম্ফম অনি লৈরম্মী। মাকটাবনা পাঠ-শালাগা মান্নৈ। মাদ্রাসাহনা অরাংবা থাক্কী তম্ফমশংনি।

বুদ্ধ ধর্ম্মনা ভারতকী কাচিন কোয়া য়ৌনা চৎনরকপা মতমদা ছাত্রশিংনা লম্বোইবা অমস্থুং লম্বোইবীশিংদগী মহৈ তম্বা হৌখি। ধর্ম্মগী লাইশোন্না মরু ওইনা তম্মী। তম্বা লোইরবা কয়ানা লেমহৌবা পুন্সিগীদমক ময়ুমদা হনবা য়াদে। ধর্ম্ম শন্দোকপনা মথৌ ওইগদবনি। অস্থুন্না বুদ্ধ ধর্ম্মগী লাইশোন কয়া তম্বদগী তম্ফমশং কয়া লিংখৎনরক্লে। মরু ওইবা তম্ফম-শংদি নালান্দ অমস্থুং টাক্সাশিলা অনি অসিনি। হাঙৈরিবা তম্ফমশংশিং অসি ময়াম্না হৌদোকপনি। ব্রাহ্মণগীদৌনা তম্ফমশং অসিদা তমগদবা অককনবা জাতি লৈতে। জাতি খুদিংমক তম্বা য়াই। হিদাক মুংদাক্কী বিদ্য, লানগী খুস্থ খুৎলাই, শেন থুমগী মহৈ অসিনচিংবা কয়াস্থ চিৎথদনা তম্বা হৌখি।

সুপীগী মহৈ মশিংস্থ য়াম্না চাওখৎলম্মী। বেদগী লাই-শোন পুন্নমক সুপীনা তম্বা য়ারম্মী। Technical গী ওইবা মহৈস্থ চাওখৎলম্মী।

ভারততা অতোপ অতোপ্পা জাতিনা মকম কয়াদগী লাক্কুনা খুন্দাবা হৌখি। অহানবদা ভারত ইতিহাসনা "Old stone Men" না খুন্দাখি হাইবগী থুদম পিরি। জাত অসিনা

শেম-শাঞ্জিবা মুংগী খুৎলাই শিজিন্নরম্মী। মখোইনা অহানব-মক্তদা ভারতকী ময়াইথংবা অমদি অৱাংথংবা শরুক্কা লৈরম্মী। মখোইগী মতমদা তম্বগী অককনবা নিয়ম লৈরমদে। মথংদা "New stone Men" না ভারতকী মক্কম কয়াদা খুন্দাবা হৌখি। মখোইনা শেম-শারবা মুংগী খুৎলাই কয়া শিজিন্নহুনা লৌউ-শিংউবগী থবক্তা কয়া হোৎনবা হৌরকখি। অহুদগী 'Munda Races' না মতম কয়ামরুম খুঙ্গং নাইনা হান্নবদি কাংবু শেম-শাহুনা খুন্দাবা হৌখি। কাংবুশিং অসি মহৈ মশিংগী মরমদা ইতিহাসনা থান্নদে, অহুগা মখোইগী ইতিহাসতগী লৌশিনবদা কান্নগদবস্মু পংন্নাও ন্নাওদে।

খৃষ্টনা পোক্কদবা চহি লিশিং কয়ামরুম ৱাংলিতৈদগী হৌনা 'The Copper Age' অমস্মুং 'Indus Civilisation' গী চাওখৎলকপগী মওং কয়ামরুম উবা ফংলে। মতাং অসিগী মীনা কোরিনা শাবা খুৎশু-খুৎলাই শিজিন্নবা হৌরকলে। ধর্ম অমদি তম্বগী মওংস্মু হৌগৎনরকলে। মতম অসিগী মীশিংনা হৌজিক খুরুম্নরিবা মহাদেববু মুংগী মুর্ত্তি শাহুনা ঈৱাৎ পুজা তৌনখি। থাজবা ন্নাবা উ-পাম্বী অমদি মগুণ লৈবা পোৎ কয়াবু থাজবগা লোইননা পুজা তৌবা অমস্মুং খুরুম্বা হৌন-রকলে। ইতিহাস খংলবা কয়ানা Iudus Civilisation গী মতাংদা লৈরম্বা মীশিংবু 'Dravidian' শিংনি হাইনা থাজনৈ। মথং মথং 'Tebeto-Barmans' অমস্মুং 'Kiratas' শিংনা ভারতকী মক্কম কয়াদা খুন্দাখি। মখোইশিং অসিদি চাওখৎপগী

থাক্লা য়াম্না রাৎলম্মী। মতাং অসিদগী লৌখৎপা য়াবা খোই-দোক্না য়াওদে খনবদা লানলোই।

Aryans শিংনা ভারততা খুন্দারকপা কান্দা চাওখৎলকপগী থাক খরা হাপকৎখি। কাংবু অসিবু ইতিহাস খংলবা কয়ানা Persian অমসুং European শিংনি হাইনৈ। মথং মথং ভারতকী মফম কয়াদা খুন্দানবা লাকপা অমদি লানগীদংক্না লাকপা কাংবুশিংনা ভারতকী তুংগী জাতিগী ফিরেপ ওইখি। মখোইশিংড় Ancient Persian, Greek, Scythean and Hun, Parsis, Arabs অমসুং Muslim হায়রবা জাতিশিং অসিনি।

চাওখৎলকপগী মতুং ইন্না তম্বনা অকবা ওইবনা ময়াম্না তম্বা পাম্নরকলে। স্কুল লৈখৎনরকলে। Gupta শিংনা ভারত্তা পানখিবা মতাং ফাওবদা তম্বা অসি য়াম্না চাওখৎলম্মী। মতাং-শিং অসি ভারত ইতিহাসতা 'Ancient Indian' গী মতাং হায়না খংনৈ।

ময়াঈ চল্লকপা মতাংদস্তু চাম্নগুম্না তম্বগা, ধর্ম্মগ য়াম্ন মরি লৈন-রম্মী। Kanauj গী নিংথৌশিংনা মতিক মওং চাওনা পানলকপা মরক অসিদা Huns জাতিশিংগী খৎনরকপা মতাংদগী ময়াঈ চন-লকপগী মতাং হৌরকলে। অদুন Great Moguls শিংগী মতাংদা ময়াঈ চনলকপগী অরোইবা ওইনা ইতিহাসতা ইনরি। মতাং অসিদা মরু ওচবা নিংথৌরেনশিংদি মুসলমান জাতিনা ওইখিবা মরম্না মকটাব অমসুং মাদ্রাশাহাশিংদা কোরাম্নচিংবা অসি অহৌবদা

তম্নবম্মী। Mogul নিংথৌরেনশিংনা অরাংবা থাক্কী তক্ষমশং কয়াম্থু চাওখৎনবা কন্ন হোৎনরম্মী।
ব্রিটিশকী মতাংদগী ঐখোইনা হৌজিক তম্লিবা মহৈগী মতাং য়েৌবা হৌরকলে। মতাং অসিবু 'Modern India' গী মতাংনি হাইনা ইতিহাস খংলবা কয়ানা ইনরি। মতাং অসিদস্থু অতুম ধর্ম্মগা মরি লৈননা তমলম্মী।

নোংচুপলোমদগী লাইনিংবা কযা ভারততা খোকলক্লুনা স্কুল, কলেজ কয়া লিংখৎপা হৌরকখি। হাইরবা অনৌবা তক্ষমশংশং অসদা বাইবল তম্নবা হোৎনরম্মী। হৌজিক্কী মতমগী মহৈগা হাইক্কেৎ নকুরকপা মতাং অসিবু মখাদা শমলপ্না ইরি :—

শক ১৬০০ তা ভারততা ইংলিশ লোমদগী ললোনবা কাংবু অমা লাকখি। মসিবু ভারতমচাশিংনা 'East India Company' হায়না খঙৈ। Plassey গী লান মতুংদা বেঙ্গলদা 'East India Company' না লৈবাক ভাকপা তৌখি। অস্থুম্না লল্লোনবা কম্পনি অসিনা শক ১৭৫৭ তা ভারতকী অচৌবা মথৌ অসি ফংখি। লৈবাক ভাকপগী পৌ পুরকলবা কান্দা কম্পনি অসিনা মচা মশুশিংবু তম্নবগী মওংস্থু ভারততা হোৎনখি। অসিনা মরম ওইদুনা তক্ষমশং কয়ামরুম লিংখৎখি। মমৈথংদা মখোইগী মতৌ পাংবা য়ানবা ভারতকী মী খরস্থু হায়রিবা তক্ষমশংসদা তমহনখি। অস্থুম্না কম্পনি অসি মথং মথং মপ্থৌনা হেনগৎলকখি। কম্পনি অসিনা Bengal,

Madras, Bombay, অমসুং Assam গী মফম খরদা মহৈ তম্বনু চাওখৎনবা হোৎনখি। শক ১৭১৫ দা Madras দা St. Marry Charity School, অতৈগা শক ১৭৮৭ তা female orphan asylum অসিগা লোইননা চহি অসিমক্তদা Dr. Andrew Bell না Male orphan asylum লিংখৎখি। অস্নুম্না অনৌবা তম্ফম কয়া ভারততা হৌদোকখি।

শক ১৭৮১ দা Warren Hastings না Governor General ওইবা মতমদা Bengal দা Calcutta Madrassah, মতুংগী চহি ১০ লৈরগা Jonathan Duncan না Benaras Sanskrit College লিংখৎখি। শক ১৭৮৯ দা Calcutta free School Society, শক ১৮১৭ তা Calcutta Book Society লিংখৎখি। Society অসিনা চহি অনি লৈরগা Bengal দা স্কুল কয়মরুম লিংখৎখি।

শক ১৭১৮দা Richard Cobbe না Bombay গী মফম কয়াদা স্কুল কয়ামরুমগা লোয়ননা Bombay education Society School লিংখৎখি। East India Company না খারকপা David Scott ( the first Agent of the East India Company in Assam ) না আসামদা স্কুল কয়ামরুম লিংখৎখি। শক ১৮৩৫ দা Gauhati দা English School অমা অমসুং মতুংগী চহি তরুক লৈরগা Sibasagar দা English School অমা অস্নুম্না স্কুলশিং অসি লিংখৎখি।

ভারততা East India Company না স্কুল কয়ামরুম

লিংখৎপা মতাং অসিদা ওঝাশিংগী মওংদি নোংচুপলোমদগী লাকপা ভারতকী লোন খংদবা কযানা ওঝাগী থবক তৌরম্মী। তশেংনা হায়রবদা ওঝাশিং অসিগী মখোয়দি লংলোনবনি। অদুনা মতিক চাবা মহৈ ভারত মচাশিংনা ফংবদা মদুংতা ললোনবগুম্বা, পৈশা পাংথোক-পা শনগুম্বা অসিনচিংবা অসিদগী তম্না ফংলম্মোই খনবদা খনমনবা ওইরোই। মবমদি ছাত্র শিংনা ওঝাগী মওং মতৌ তন্দবা যাদে।

নোংচুপলোমগী বিদ্যা অসি Europ তগী লাকপা ললোনবা কাংবুগী মতুং ইনলকপ Catholic শিংগী থবক তৌবা খৃষ্টান ধর্ম্ম শন্দোকপা কাংবুশিংদগী খবমথৈদি ভারত মচাশিংনা ফংখি। কাংবু অসিনা ধর্ম্মগা মরি লৈনবা, মরৈবাক মজাতিবু নুংশিবা পোকতম্নবা ভারত মচাশিংদা হোৎনখি। মখোইন ছাত্রশিংদা লাইরিক, পোন্সিল অমদি গ্রেটনচিংবা পিদুনা ছাত্র শিংগী মথৌনা হাপ্লিখি। নোংচুপ লমগী লাইরিক কথাস্থ ভারতকী লোন্দা হন্দোক্লবা কম্না হোৎনখি। মতাং অসিদা ভারত মচাশিংনা ধর্ম্মগা মরি লৈনবা মহৈ, চহি মতাংগী তমগদবা, স্কুল মতম অকক্লবা অমদি মহৈগী মতুংইন্না ছাত্র তোপ্না খাইদোকপা অসিনচিংবা নোংচুপলোমগী বিদ্যাবু মমাংলোগা তম্বা ফংবা অসি-গুম্বা কান্নরবশিং অসি ফংখি।

Danish Mission—Ziegenbalg অমসুং Plustschau কৌবা অনি আসনা Madras গী Tranquebar কৌবা মফমদা মহৈ তম্বগী কম্নবা উৎপগা লোইনননা, লম অসিগী মী পুম্নমক্না

ভমনিংবা পোকহল্লবা হোৎনরম্মী। মখোইনা খৃষ্টন ধর্ম্মগী অক্ষবা রা-পাও কয়াবু Tamil লোন্দা হন্দোকখি। Printing Press অমম্ভ শক ১৭১৩ দা Tamil লোন্দা লিংখৎখি।

ওঝাশিংগী তক্ষমশং কয়াম্ভ শক ১৭১৬ তা Tranquebar দা লিংখৎখি। Portuguese অমদি Tamil গী অঙাংশিংগীদমক্তা শক ১৭১৭ তা Charity School অনি লিংখৎখি। খৃষ্টান ধর্ম্ম শন্দোকপা Frederick Schwartz না স্কুল খরা Madras গী Tanjore, Cuddalore অমম্ভং Trichinopoly দা লিংখৎখি। শক ১৭২৭ তা German Missionary, Schulze না Madras দা স্কুল খরম্ভ লিংখৎখি। শক ১৮০৫ দা London Missionary Society না স্কুল খরা Madras দা লিংখৎখি।

Carey, Marchman অমম্ভং Ward কৌবা Baptish Missionary শিং অসিনা Bengal গী মক্ষম কয়ামরুমদা স্কুল লিংখৎখি। মখোইনা খবকশিং অসি Serampore Settlement দা মরু ওইনা তৌবনা ভারতকী ইতিহাস তা Serampore Trio হায়না খনৈ। শক ১৭১৯ দা Rev. Richard Cobbe না Bombay দা লাইবনা অঙাংশিংগীদমক্তা স্কুল কয়ামরুম লিংখৎখি। শক ১৮১৪ দগী ১৮২৯ ফাওদা Bombay দা ধর্ম্ম শন্দোকপশিংগী মপান্দগী খল্লবা য়ানা চাওখৎখি।

Assam দম্ভ ধর্ম্ম শন্দোকপা কাংবুশিং অসিনা চাওখৎননবা য়াম্না তৌরম্মী। Assam গী চিংদা তাবা মীশিংগীদমক্তা স্কুল

কয়ামরুম লিংখৎলম্মী। শক ১৮৪৪ দা America গী Baptish Missionary Rev. Cutter না স্কুল ১৪, Sibsagar দা লিংখৎলম্মী। শক ১৮৫৩ দগী '৬৩ কাওবদা Welsh Missionary শিংনা স্কুল খরা Khasi Jayantia চিং Garo চিং, Darrang অমসুং Nowgong জিলাদা লিংখৎখি। আসাম গী অহানবা খবর Arunodaya হায়রবসি ধর্ম্ম শন্দোকপা সভানা লিংখৎখি। Shillong, Sibsagar, Nowgong, Gauhati, অসিনচিংবা মকম কয়াদা American Baptist Missionary শিংনা স্কুল কয়ামরুম লিংখৎখি। হায়রিবা ধর্ম্ম শন্দোকপা কাংবু অসিনা Bible বু Assamese দা শিন্দোকখি। অদুগা Anglo-Assamese Dictionary অমসু আসামগীদমক্তা কোংখি। আসামগী চিং মচা ,কয়াদা চা থাবা অমদি থুম শুংবা তম্বীখি। অসিগা লোইননা ইবা, পাবা অমসুং-অঙ্কগী শরুক থরসু তম্বীখি। অসুম্না মপান নাইরুবা মহৈগী শরুক ভারত মচানা ধর্ম্ম শন্দোকপা কাংবুশিংদগী কংখি। ভারতকী হৌজিক ওইরিবা মহৈগী য়ুক্ষম অসি হায়রিবা ধর্ম্ম শন্দোকপা নোংচুপলোমদগী লাকপা কাংবু অসিনা থোনলম্বনি খনবদা থোঈদোক্না লানলোঈ।

জাতি অমগা অতোপ্পা জাতি অমগা ধর্ম্ম অমদি চৎনবি মায়দবনা, ধর্ম্ম অমতগী মথাদা ময়াম্না লৈবা হায়বসিসু অঙকপা ওইনা থোকই। ঐথোইগী লৈকাইগা অতোপ্পা কনাগুম্বগী লৈকাইগা চৎনবী, রাঙাং শঙাং পুম্নমক হাঈকেৎ খেৎননা উই।

ধর্ম্ম শন্দোকপা কাংবুশিংনা স্কুল কয়ামরুম লিংখৎলমম্বনা তম্বদা খুদোং চাবসি ঐখোইনা কংলে। অদুম ওইনমক মখোইগী ধর্ম্মদা অয়াম্বনা শেমখিবা ময়ম্বা ঐখোইগী ভাংনা লৈজরবা হুয়াও-কুম্মৈ অমদি শিক্ষা অমস্তুং অভ্যাসনা চাওখৎলকদবা পুম্ন-মক নমশিন্দুনা থমখি। অওইবমক ইংলিশ জাতিদি ভারতকী থাম্লবা নোংচুপ লমদগীনি। মখোইনা কয়ম্বা ভারতকী জাতি পুম্নমক্কি হৌন-লমচৎ খংগনি ? অদুগা অমনা, ইংলিসশিংনা তৌগ্রবা থবক কয়ামরুম ভারততা অনৌবা ওইনা হৌগৎলকপনি। ময়ম পুম্নমক অসিদগী ঐখোই ভারতনা মতিকচাবা ওঝা কংদবদগী ভারতবাসি পুম্নমক্না তুমত্থনা লৈরম্বনি খনবদা খনমনবা ওইরোই।

ইংলিসশিংনা য়াম্না শাংনা ভারততা লৈবাক ওাক্তুনা পালম্বা ময়ম্না মহৈ তম্বগী মতাংদম্ব অচৌবা মথৌ কয়ামরুম পাংথোকপা তাবসি তসেংবনি। মখোইনা শেমলম্বা "Charter Act of 1813" গী মতুং ইন্না ভারত মচাশিংনা মহৈ তম্বসি ময়ামগী ওইনা তৌরমদে, অকববু খনগৎলগা তম্নবা হোৎন-রম্মী। মসিবু মতম অদুদা Downward Filtration Theory হায়না খংনৈ। অম্ভুম্না মথং মথং মতম অমস্তুং মকমগী ওইনা চৎথরকপদা ইংলিসলোম্নগী ওইবা মীওইশিংগা, নোংপোক্কী রাখল, কিজেং অমদি চাকচা লৌবা কাংবুশিংগা খৎনরকখি। অদুনা Lord Macaulay ( the well known historian, the legislative member of the supreme Council and the president of the general Committee of public

Instruction ) না ইংলিসরোম্‌গী মীওইশিংদা অচুম্বা উৎলগা মাগী কাওরবা Minute অসি শক ১৮৩৫ গী ফেব্রুয়ারি থাগী তাং ২ দা ইখি।

সাহিত্য হায়বসি 43rd Section of the Charter Act of 1813 গী মতুং ইন্না হায়রম্বনি। অদুবু মসি ভারতকী ওইবা সংস্কৃত নত্রগা আরাবি নত্তে; ইংলিস সাহিত্যবুত্তনি। অদুগা রাহৈগী কাংলুপ "ইন্দিয়াদা পোকপা মহৈ হৈবা" হায়বসিস্থ Locke কী দর্শন সাস্ত্র অমসুং Milton গী ছৈ:রং নিংথিনা হৈরবা অদুবুনি। অমনা "বিজ্ঞান হৈনগংহনবা" হায়বসিস্থ ইংলিস লোন্দনি। অস্থুম্না Macaulay না মাগী Minute অসিদা ইরম্মী।

Lord Macaulay হায়বসি ভারতকী মহৈ মশিং তম-খৎলকপগী মতাংদা "the tourch bearer in the path of progress" অস্থুম্না হায়নৈ। তৌইগুম্বস্থং মাগী মওংদি ভারত মচাশিংবু "form a class who may be interpreters between us and the millions whom we govern, a class of persons Indian in blood and colour, English in tests, opinions, moral and intellect" অসিদনি। Macaulay গী অসিগুম্বা অইবা অসি Lord William Bentinct (Governor General of India when Lord Macaulay wrote his famous minute) না য়ারম্মী। অদুম ওইনমক William Bentinct না ময়াম্মকী

তম্নবা কম্না হোৎনম্মী। মথংদা ময়ামগী মহৈ তমহনবা পাম্বা Adam না "Dounward Filtration theory" বু নিন্দা তৌখি।

শক ১৮৫৪ দা Charles Wood না মহৈ মশিংগী মরমদা থম্না শেমদোক্লম্মী। মহাক্না Bengal, Madras, Bombay, punjab অমসুং N.W.F. Province তা Department of education লিংখৎনবা শিনলম্মী। অদুগা Department শিং অদুবু অফিসার (Director of public Instruction) অমমমগী মখাদা থমনবা শিনলম্মী। মহাক্না University লিংখৎনবা হৌদোকলম্মী। অসিগুম্বা অনৌবা University শিং অসিদা Chancellor (who was the Covernor of the Province) অমা, Vice Chancellor অমা অমসুং Sanate লৈনবা হায়রম্মী। অদুগা University শিং অসি London University গী মওংদা অমদি মখাদা লৈনবা শিনলম্মী।

Sir Charles Wood (the president of the Board of Control) না ভারতকী মকম কয়াদা লৈবাস্কুল-শিংদা Grant-in-Aid পিনবা হৌদোকপগা লোঈননা Lower School শিংনা Higher School শিংদা, Higher School শিংনা College ওম্নবা হোৎনরম্মী। অসিগা লোইননা Government না Private School কয়ামরুমবু লৌশিন্নবা

শিল্লমই। মহাক্না ভারত মচাশিংবু মহৈ মশিং তম্বদা হয়াওনবা, থবক তৌবা মীশিংদা য়াম্না কান্নবা পীরম্মী।

মুপীশিংবু মহৈ তম্নবা হৌদোকলম্মী। অদুগা ওঝাশিংবু ফগৎহন্নবা ওঝাগী Traning School লিংখৎলম্মী। ময়ামশিং অসিদগী Charless Wood কী মতাং অসিবু the Magna-carta of English education in India হাইনা ভারত ইতিহাসতা খংনৈ। অদুম ওইনমক ভারত মচাশিংনা তশেংবা মহৈগী শক্তি ফংখদে। ভারতকী ওইবা লোন অমদি ধর্ম্ম পুন্নমক মতাং অসিদা থোশান্নমদে। থবক্তীদমক্তা তম্বদা মাই ওনাশনলম্মী। লোন হাতক্তি মহৈনা তশেংবা মহৈ হান্নবদি মমা লৈবাকপু অমদি মজাতিবু নুংশীবা পোকহন্নবা মহৈদগী হেন্না ফনা উৎলম্মী। অসিগুম্বা কয়াশিনা Wood কী মতাং অসিদা উৎ চাইবগুম থোকহনখি।

শক ১৮৫৯ দা Sepoy Mutiny না ভারতকী লৈবাক ভাকপা ওইরকপা মতাংদা Mr. Stanley বু 'Secretary of State' ওইনা খনখি। অসিগুম্বা Secretary অসিনা President of the board of Control ওইরম্মী। Secretary অমা ওইরবা মতুং দা ভারতকী মহৈ মশিং তম্বগী মরমদা Stanley না অনৌবা মওং কয়া হৌদোকলম্মী। মসিদা মরু ওইনা ওঝাশিংগী Traning Centre থম্নবা হোৎনরম্মী। অম্রুম্না মহৈ-মশিং তম্বগী থাকপু হেনগৎনবা কম্না হোৎনখি।

শক ১৮৮২ দা 'The Indian education Commission

গী মতাং য়োরকলে। Commission অসিগী Chairman না Sir. W.W. Hunter নি। Hunter না হায়রি চৎনরকলবা ভারতকী মহৈ মশিং তম্বগী মতাংদা ধর্ম্ম শন্দোকপা কাংবুশিংনা তৌরম্বা থবকশিং অদুদা অম্বুম্বা হাইরম্মী। "withdrawel of direct deparmental agency should not take place in favour of Missionary bodies and that departmental institutions of the higher order should not be transfered to missionary management." অদুগা Secondary education গী মতাংদনা— "Secondary education as far as possible be provided on the grant-in-Aid basis and that Government shou d withdraw as early as possible from the Direct management of Secondary Schools" অম্বুম্বা হায়রম্মী।

Primary education না ময়ামগী ওইবনা Primary School শিং চাওখৎনবা অমদি লিংখৎনবা হোৎনরম্মী। অদুগা মীয়ামগা ওইনা পাবা, ইবা হৈবা য়াম্নবা হোৎনরম্মী। পরিক্ষ গীদমক্তা য়াম্না চেকশিন্না তৌরমদে। অদুবু পরিক্ষাগী ফল য়েংলগা হন্থবা খুঙ্গংগী স্কুলশিংদা মতেং পিনবা হোৎনরম্মী। স্কুলগী য়ুম অমাদ শাগৎলিবা ফাল-মুং পুম্নমক পৈশা ইচং চংদনা শিন্নবা হোৎনরম্মী। তম্নবা লাইব্রিকিদমক্তা শিনলিবশিংছুনা মনিং মখা তৌবা য়ারম্মী। ক্লাস অমদগী অতোপ্পা

ক্লাস অমদা কাখৎনবগীদমক্তা পরিক্ষা লৌরম্মী। হায়দগী চৎন-রকলবা ধর্ম্মগী পাওতাক কয়াম্স ছাত্রগী লমচৎ ফগৎনবগীদমক্তা য়াওরম্মী। তম্নবগীদমক্তা Night School কয়ামরুম লিংখৎনবা হোৎনরম্মী। স্কুলগী মতম অমদি ছুটিশিংস্ মকম অমস্থং মতমগী মওং য়েংহুনা চৎখনবা হোৎনরম্মী। হম্ববা মকম কয়াদা Education Department না য়েংশিন্নবা শিন্নম্মী। Municipal অমদি Local Self Government Board শিংদা School fund তোপ্পা তোপ্পা থম্নবা হোৎনরম্মী। হায়রিবা স্কুলশিং অসিদা মমালোন্না তম্বীনবা হাইরম্মী। অহুগা ওঝাশিংগী Training গীদমক্তা স্কুল কয়া অমস্থ লিংখৎনবা W.W. Hunter না শিনলম্মী।

W.W. Hunter না Secondary অমদি Collegiate education দা চাওখৎনবা য়াম্না হোৎনবগা লোইননা লুপী-শিংগী তম্নবা মকম কয়া লিংখৎনবা হোৎনরম্মী। অম্মুম্না Hunter না ভারতকী মহৈ-মশিং তম্নবগী য়ুক্ষম অসি ফজনা খোনলম্মী।

শক ১৮৯৯ দা Lord Carzon না ভারতকী Viceroy ওইনা থুংলবগা ভারতকী মহৈ-মশিং তম্বগী মতাংদা কুপ্পা য়েং-শিনবা হৌরকখি। অসিগা লোইননা মহাক্না Primary stage দগী University Stage ফাওবা চাওখৎনবা অমদি থাপ্পবা Europ কুম থম্নবা কম্না হোৎনরম্মী। মহাক্না ভারতকী মহৈ-মশিংবু শেমদোক-শেমজিন তৌনবগীদমক্তা শক ১৯০১ দা Simla দা Conference অমা Director of public Instruction

শেমদুনা কমখি। ভারতকী অরাংবা থাক্‌ী কৈ অমগী খুদোং চানবা University Commission অমা হোৌদোকখি। অদুগা মহাক্না শেম্বা educational policy অদু ভারতকী খারেপ কয়া তাকখিবা অদুদা কোংখি। থবকীদমক্তা মহাক্‌ তম্বু মহাক্না ভারততা কয়া চত্থনবা হোৎনরম্মী।

Lord Curzon না ভারততা থুংলবগী মতাংদা Primary School শিং অসি য়ায়া তোয়া লৈরম্মী। মতিকচাবা fund লৈরমদে। অদুনা Curzon না fund মতিক চানবা অদুগা Primary School শিংবু কন্দুনা থম্বা শিনদম্মী। থুম্নংগী স্কুলশিংদা খুনগী কাম্বা উৎপগা লোইনদুনা grant-in-Aid পিনবা হোৎনরম্মী। অদুগা Primary School শিংবু তমগদবা মতাং অদুগী অকুপ্পা মিৎয়েংনা স্কুলশিংবা অসিগা লোইনবা মতিকচাবা ওবা হেনগৎনবা হোৎনরম্মী। Grant-in-Aid পিবগী মতাংদুগী payment-by result system হাপ্পনা থংনৈ। মথংদা Primary School শিংদা তমগদবা মতাং অদুগী মরাং কাইনবা হোৎনরম্মী।

Secondary School শিংগী মতাংদসু মহাক্না ভাকশেম্বা অমদি চাওখৎলকপা শিনদাংলম্মী। Lord Curzon না ভাকশেম্বা-বগীদমক্তা private নত্রগা Public authority শিংগী মখাক্তা লৈবা School শিংবু Department of education না থম্নবা হোৎনরম্মী। মখাদা Matriculation examination শিম্বা য়াবদা University না থম্নবা হোৎনরম্মী। অদুগা

Department of education অমদি University না থংলবা স্কুলশিংবু Grant-in-Aid পিবগা লোইননা ছাত্রশিংবু Government technical School শিংদা পরিক্ষাগীদমক্তা থাবা য়াম্নবা হোৎনরম্মী। ছাত্রশিংনা Government Scholarship ফংলম্মী। চাওখৎনবা হোৎনরকপগী মতাংদা Lord Curzon না অস্নুম্না হাইরম্মী —Government School হেনগৎলক্নবা provincial Government দা Grant পিগদবনি ; তম্বীবা মতিক চামবগীদমক্তা পৈশা য়াম্না private School শিংদা পিগদবনি। Middle School শিংদা মমালোম্না তম্বীনবা অহুগা Practical ওইবা থরম্ম পিননবা হোৎনরম্মী। Secondary ওঝাশিংগী Training মফম হেনগৎহনগদবনি, Inspector শিংগী খুদোং চাননবা হোৎনগদবনি।

Lord Curzon না Collegiate education গীদমক্তা লুপা লাখ ১৩ৼ্ কাইথোকলম্মী। কাইথোকলিবা লুপাশিং অসু Grant-in-Aid কী মথক্তা অমুক্তা শিজিনরম্মী। অসুম্না কাইথোকপা পৈশাশিং অসিনা Private College of Standard of instruction ফগৎনবদা মতেং পিরম্মী। অসিগা লোইননা Government College অমদি Private College শিংগী Hostel, Library, Laboratory শিং শেমগৎনবা শিজিন্নরম্মী।

শক ১৯০২দা University Commission অমা ভারতকী University অমদি তম্বগী মওংবু ফগৎহন্নবা Lord Curzon

না হৌদোকখি। Commission অসিনা শিন লাংহনা ভারতী শক ১৯০৪ দা Act কয়া শেমখি। Act অসিগী মতুংইন্না ভারততা অনৌবা University গী মওং কংখি।

অস্থুম্না Primary, Secondary, Collegiate অমদি University Education দা Lord Curzon না চাওখৎ-নবা হোৎনবগা লোইননা School of Arts, Agricultural School, Department of Archaeulogy, Director General of education অমস্থুং Foreign Scholarship অসিনচিংবগী মতাংদস্থ চাওখৎনবা কয়া হোৎনরম্মী।

তম্বদা কয়া পুক্নিং চংজবা ভারত মচাশিংগী মওং উবদা শক ১৯১০ দা Mr. Gopalkrishna Gokhale ( member of the Imperial Legislative Council ) না primary education অসি তমদবা য়াদবা অমা ওইনা থমননবা হোৎ-নখি। অদুগা লোইননা মানা শেমলিবা আইনগী অউবা প্রস্তাব অম Imperial legislative Council দা থাংগৎলম্মী। মহাক্না শেমলম্বা অনৌবা তম্নবগী মতাংদা অথম্নবা মফমদা Ele-mentary education বু তমদবা য়াদবা ওইনবা হোৎনরম্মী। হায়রিবা মতাং অসি চহি ৬ তগী ১০ ফাওবা অসিনি। মতাং অসিদা সুপীগীদি থম্লমদে। ছাত্রশিংনা মতাং অসিদা লেম্না তম্বা কংলম্মী। শেন থুমগী মতাংদা Local Bodies অমদি provincial Government শিংনা ১:২ গী মওংদা পুগদবনি। অদুগা ভারত Government না primary School য়ামখৎনবা

হোৎনখিনি। তমদবা মাদবা মতাংশিং অসিদি অতুনবগী ওইনা তৌরম্দে। হাপ্পু ছারে ৩৩% তমদবা মুক্ষ ফুহকদা তন্দ হুমবা হোৎনরম্মী।

Gokhale না বাবেপ তাক্পা অদুর Imperial legislative Council না খররম্মী। তৌইবগুম্বং Government না মাপী থাগৎচরকপা অহুদা মিৎয়েং তাবীরমদে। অমিনা মমম ওইদুনা অনৌবা অমা শেমগৎ খাগৎচরগা মশাগী ওইবা অমা অমুক শক ১৯১১ দা থাগৎলম্মী। অদুগুম্বা অনৌবা প্রস্তাব অসিদা মহাক্না মক্ক ওইনা primary education গী মতাংদা শেমদোক শেমজিন তৌরম্মী।

অনৌবা শেমদোকলকপা অদুবু Imperial Legislative Council না কোৌরম্মী। অহগা লোইচিনবা Government Universitie, Municipalitie অমসুং Local Board শিংদা মত লৌনবগীলক্তা থাগৎলম্মী। অদুবু Government না, ভারত মচানা তমদবা মাদবগী মওংদা তৌরকতে, অসিগুম্বা মতাং অসিদা ভারত মচা খবনা য়েঙ্গদি, অসি নত্তনা মওং কয়া অমসু Primary education বু চাওখৎহনলকবা লৈবি অমসুং Local Body শিংনা করিগুম্বা মওং অসিগী শেলপ্রকাশদগী লৌনবা হোৎনদে অসিনচিংবা হায়জিন্দুনা য়েংলম্মী। অদুনা শক ১৯১২ দা Gokhale না Sellect Committee দা চেকশিনা য়েংবীনবা অমুক থারম্মী। অদুবু ভোটতা ৩৮ দা ১৩ ওইখিবা Imperial Legislative Council না মাপী

অনৌবা প্রস্তাব অহ্ন লৌবিখিদে। অমুক হন্না হোৎননিংঙাই লৈত্রবা Gokhale না Imperial Legislative Council দগী তোক্লবা মতুংদা মথং মথং Primary School শিংদা লেম্না তম্বা অমদি তমদবা য়াদবা ওইরকখি।

Gokhale গী হোৎনজমন মপুং ফানা ফংখিত্রবা মতুংদা নিংথৌরেন George V না ভারততা শক ১৯১২ দা কোইরকখি। নিংথৌরেনগী মতম্ম ভারত মচাশিংনা মহৈ মশিং হৈবা পাম্লম্মী। অদুনা George V ( His Imperial Majesty ) না Delhi দরবারদা অসুম্না হায়রম্মী—"It is my wish that the e may be spread over thc land a network of Schools and Colleges from which will go forth loyal and mainly useful Citizens, ab e to hold their own in industries and agriculture and all the Vocations of life." অথৱবা রাঙা· আসগা লোইননা popular education গীদমক্তা নিংথৌরেম্না লুপা ৫০,০০,০০০ Grant ওইনা পিবিরম্মী। অদুনা মহৈ মশিং তম্বগী থৌরাং অমা শক ১৯১৩ গী ফেব্রুৱারী তাং ২১ দা হৌদোকখি। থৌরাং অসিনা, শন্দোক্নবা হোৎনবদগী চাওখৎনবা হোৎনবগী থৌরাং, Secondary অমদি Primary শিংদা Practical হাপ্পবা থৌরাং অসিগা লোইননা অরাংবা থাক্তী মহৈ তম্বদা খুদোং চান্নবা শেমগৎলকপগী থৌরাং য়াওরম্মী। হায়রিবা রারেপ আসদা তম্বা থুদি মক্তী ফগৎনবা য়াওরম্মী।

primary, Secondary, Collegiate, University, agricultural, Veternary, forestry, Medical, legal অমসুং Commercial অসিনচিংবা পুম্নমক ৱারেপ অসিদা য়াওরম্মী। অহুগা Primary education গী মতাংদনা Lower Primary School য়াম্না লিংখৎপা অসিগা লোইননা upper primary Schools য়াম্ন। লিংখৎপা পৈশা কাইথোকপা, Private School শিংনা Board School ওইহনবা, লম লমগী ওইবা Pathsala অমসুং Maktab শিংদা grant পিশিনবা, Practical ওইবা কয়া ছাত্রশিংদা তম্নবা হাপচিনবা, Primary ওঝাশিংগী Training পিনবা হোৎনবা, লাইরবা অমদি তমদবা মফমদা লেম্না অমদি তমদবা য়াদবা অমা ওইহনবা। মমল য়াম্না চংদবা Building অমদি মপোৎ মচৈ পিনবা হোৎনবা অসিনচিংবা ৱারেপ তারম্মী।

মথংদা Secondary education গী মতাংদা Private School শিংবু Grant-in-Aid পিবা, Inspector গী থবক হেনগৎহনবা; Practical ওইবা কয়াবু তমগদবা মতাংদা হাপ-চিনবা; Government না করিগুম্বা মওং থরা ওাকশেনবা অসিনচিংবা, ৱারেপ্তা তারম্মী। অহুগা University education গী মতাংদা University কয়ামরুম হেনগৎহনবা; অনৌবা মওংগী University হায়বদি teaching and Residential ওইবা থরগা অমুক লিংখৎপা অসিগা লোইননা teaching and examining Universities চাওখৎহনবা অম্না ৱারেপ্তা নিংথিনা য়াওরম্মী।

মুপীশিংগী মহৈ মশিং তম্লবগীদমক্তা, রারেপ্তা অস্নুম্না তারম্মী— মুপীগী স্কুলশিংনা মুপাগীদগী তোপহনগদবনি ; মুপীগী ওঝা অমস্নুং য়েংশিনগদবী খরস্ত খনগদবনি ; মুপীগী পরিক্ষাগা মুপাগীগা মান্নবা য়ারোই। ময়ামশিং অসিগা লোইননা ওঝা ওইবগী থবকস্নু য়াম্না চাওখৎনবা হোৎনরম্মী।

শক ১৯১৭ তা Calcutta University গী অক্ষ কত্ত, মওং-মতৌ পুম্নমক খন্ননবা আইনগী শক্তি পীবা হুকুম অমা খনলে। হাইরিবা অসিবু Calcutta University commission নত্রগা Sdoler's ( Mr. Michael Sadler was the president of the commission ) commission হাইনা খংনৈ। মসিগী মতাং অসি ভারতকী মহৈ-মশিং তম্বগী মতাংদা য়াম্না মকওইবা মতাং অমনি।

Calcutta University Commission না Secondary School গী দমক্তা Government না য়ানবা মওংদা অস্নুম্না হাইরম্মী— Secondary education গী মতেং য়াওদনা University শেম্বা হায়বসি মারক অমা ফাওবা য়ারোই। অনি অসিমক চাওখৎহনগদবনি। মতাংনা Intermediate stage দা খায়দোক্কদবনি। অনৌবা Intermediate College কৌবা অমস্নু লিংখৎকদবনি ছাত্রশিংনা Iutermediate Examination লোইরগা University দা মিং চনগদবনি। Government না Secondary education গী অরানবা কয়া চুমথোক্লবা খরচ কয়া তৌগদবনি। Secondary education

লোইরগা University নত্তবা কয়াম্থ থমগদবনি, Secondary School শিংবু ফজনা চৎথনবা Board of Secondary education অমস্থং Board of Intermediate education থমগনি। হায়রিবা Board শিং অসি অফিস অতৈগা মরি লৈনহনলোই।

University education গী মতাংদস্থ মমল য়াম্লবা, Government না লৌখিনবশিং অসি হায়রম্মী— অহানবদা, Intermediate Class হায়বসি University দগী তোপ্পা থমগনি। Degree Course না চহি অহুম ওইগনি। অনি-শুবদা, ইচম চম্বা University অমদা তাংবা, তম্নবগীদা ওইবা University খরা মঙং ওইনা Dacca দা লিংখৎপা। অহুমশুবদা, Calcutta দা তম্নবগী ওইবা University অমা লিংখৎপ' মরি-শুবদা Moffussil College শিং চাওখৎহনবা, অদুনা অনৌবা খরা মখোইদগী শেমগৎলকপা। মঙাশুবদা, ভারতকী University শিংগী Rules অমস্থং Regulation চপ চানা চৎপদগী খরা হন্থহনবা অদুগা University শিংনা অতৈ office কী মখাদা লৈতবা। তরুকশুবদা, অফবা ছাত্রশিংদমক্তী Honourse Course তম্বা। তরেৎশুবদা, মপানগী হৈশিংবা কয়াগা তাম্ন-রগা Sellection Committee না Professors অমস্থং Leaders খনবা। নিপালশুবদা, মুসলিমশিংগী অরাংবা থাক্তী মহৈ কংজনবা মতিকচাবা মতেং পীবা। মাপলশুবদা, ছাত্রশিংগী হকচাং ফগৎনবা Director of Physical Training থম্বা।

তরাশুবদা, হান্না শিজিন্নরবা মওং হান্নবদি Senate অমস্তুং Syndicate কী মহুৎতা Representative Caurt অমস্তুং Executive Council না মহুৎ শিনবা। তরামাথোইশুবদা, Accadamic Council লিংখৎপা। তরানিথোইশুদা, Acadamic Council লিংখৎপা। তরানিথোইশুবদা, Acadamic কী মওংদা, ওঝাশিংনা power ফংহনবা। তরাহুমদোই শুবদা, University খুদিংগী Vice-Chancellor অমমম খনবা তরামরিশুবদা, College না Incorporate, Constituent, অমস্তুং Affiliated অস্তুম্না মখল অহুম থম্ব। অরোইবদা education বু বিষয় অমা ওইনা Intermediate, B. A. অমস্তুং M A. Degree থম্বা।

অসিদা নত্তুনা Calcutta University Commission না Womens education, Professional education, Technology, Training of teachers, Oriental studies অসিনচিংবা কয়ামরুম অসিগীস্থ অয়াবমথৈ চাওখৎনবা কম্না হোৎনরম্মী।

শক ১৯২৮ দা Phillip Hartog না সভাপতি ওইহুনা Committee অমা শেমখি। Committee অসিনা Primary education, Secondary education অমস্তুং University education গী মতাংদা ময়ামগী খুদোং চান্নবা, অদুগা ভারত Government না মিৎয়েং চংলকনবা থম্না অমা হোৎদোকখি। Primary School গী মতাংদনা অস্তুম্না শেমক্লম্মী মহৃদি—

চাইনা লৈরিবা Primary education বু পুনশিন্নবা হোৎনবা Primary গী মতাংদা চহি 8 গী দমক্তা শেম্বা ; অকবা ওঝা হাপ্পগা লোইননা ওঝাশিংগী মশিং হেনগৎহনবা ; অদুগা ওঝা-শিংগী Training মকম মতিকচানা থম্বা, তমগদবা শরুকস্ু হাল্লদগী হেনহনবা, School গী মতম অমদি ছুটিশিংনা মকম অমদি মতমগা চুনহনবা, অথন্নবা মিৎয়েংনা হস্থবা মতাংদা য়েংশিনবিবা, Primary education না ময়ামগী ওয়বনা খুদোং-চাবা হেনগৎহন্নবা Government না চাওখৎনবা অমাদ হেনগৎলক্লবা হোৎনবা, অদুগা য়েংশিন-খোৎচিন তৌগদবা Government গী মী মতিক চানা থম্বগা লোইনন মপাঙ্গল হেনগৎহনবা ; অমনা, য়াম্না থুনা Primary education বু তৌদবা য়াদবা ওইহনবা অসিনচিংবা অসিনি।

মথংদা Secondary education গী মতাংদস্ু অসুম্না ইরম্মী — তমগদবা শরুক্তা Middle Vernacular School গী ওইনা হেনগৎহনবা ; মতাং অসিগী লোইরকপদা অঙাংশিংবু খুৎশা হৈবগী অমদি ললোন-ইতিক্কী মইক তম্বীবা ; অদুগা লোয়ননা training চাওখৎহনগদবা করিগুম্বা মওং থরস্ু হাপ-চিনবা অসিনি। অরোইবদা University education গী মতাংদা অশোইবা কয়া য়েংহুনা কগৎনবা অসুম্না হাযরম্মী — অকবা ছাত্রশিংগী Honourse Course কক্সনা থমদবা, মতিক চাবা ওঝা লৈতবা, ময়ামগী খুদোংচাবা য়াৎপা অসিনচিংবা অসিনা মরম ওইহুনা Committee অসিনা University education

গী মতাংদা ইরম্মী — "In the interest of University education itself and still more in the interest of the lower educational institutions which feed the Universities and of the classes from which Uuiversity students are drawn the time has come when all efforts should be concentrated in improving University work, on confinning the University to its proper function of giving good advanced education to students who are fit to receive it and in in fact to making the University a more fruitful and less disappointing agency of the life of the community."

শক ১৬০০ তগী ১৯২৮ ফাওবসি ভারতকী মীওইশিংনা অয়েংপা কয়া য়াওরবস্থ মপুংফানা মথোদা পাংদোকখিবাদ লৈখিদে। অতুম ওইনমক নিংবা কাইরবা, মহৈ মশিং হেনগৎলকলবা ভারত মচাশিংনা মথোইগী মাংখিবা ধর্ম্ম অমদি মজাতিবু সুংশীবা পুম্নমক পোক্লরকলে। ফাওরবা ইংলিসকী ওঝা কযানা ভারতকী মহৈ-মশিং তম্বগী মতাংদা শিনলম্বা অসি পাম্নরকলে। অসিগা লোইননা মনিং মুখা তথা পাম্নবা ভারত মচাশিনা মকম কয়াদা নিংতম্বগী লানশং শাগৎনরকলে। অসিগা লোয়ননা Mahatma Gaudhi ( father of Nation ) না ভারতকী মকম অমস্তুং মতমগা চুনরবা Basic education

হৌদোক্লবা কয়া হোৎনরকলে। মতম অহুগী মহৈ-মশিং তম্বগী ফিবমদা গান্ধিনা Harijan কৌবা চেকোংদা, পেন্দবা কয়া উৎতুনা কোংখি। Mahatmaji গী মততা নোংচুপলোমগী মহৈ মশিংনা ভারত মচাশিংনা কায়বা হেয়া কংগনি হাইবসি উরমদে। ভারতনা লৌউবা লম ওইবনা, নোংচুপলোমগী মহৈ মশিংনা Bookish অমদি Th.oritical ওইখিবা অসিনা মরম ওইদুনা ভারত মচানা মহৈ-মশিং হৈরগা হিংনবগী ফিবমদি খরা য়াৎনা থোকখি। অহুনা মরম ওয়হুনা শক ১৯৩৭ তা Congress কী Minister শিংনা ওফিসকী থবক পায়রকপা মতমদা মহৈ-মশিং তম্বগী মরমদা খল্লবা হৌরকই। অহুনা হায়রিবা চহি অসিমক্তদা, ওক্তোবর থাদা Conference অমা Wardha দা মহাত্মা গান্ধিনা Presidentship ওইদুনা কমখি। Conference অসিদা মখাগী য়ারেপশিংসি Basic education গা মরি লৈননা তাখি।

(১) চহি ৭ "free and Compulsory" ওইহনবা।

(২) মমালোল্লা "Medium of instruction" ওয়বা।

(৩) "Manual অমসুং Productive Work" হাপচিনবা নত্রগা অঙাংগী পোককম লমগী মতুংইন্না Craft অমা হাপ-চিনবা।

(৪) Conference অসিনা অসিগুম্বা মহৈ তম্বা অসিদা ওঝাগী চংগদবা পৈশাগী মতাংদা খরা পাংগনি হায়না য়ারেপ তাবগা লোয়ননা হায়রম্মী।

মথংদা Committee অমা Dr. Zakir Hussian না সভাপতি ওইহনা কমখি। মসিবু Zakir Hussian না সভাপতি ওই হায়জনা "The Zakir Hussian Committee" হায়না খংনৈ। হায়রিবা অনৌবা অসিগী মতুং ইন্না Basic Craft না Medium of instruction ওইনা থম্বা, মমালোন্না Medium of instruction ওইহনবা, free and compulsory চহি ৭ ওইহনবা, Instruction না অঙাংশিংগী পুন্সিগা চুননা পীবা; Dignity of Manual labour বু instruction দা শন্দোক্না তাকপা, মওং অহনা ওবাগী Sararies দা কায়হনবা, অতৈগা মহৈ তম্বদা Training for Citizenship য়াওহনবা অসিনচিংবা অসি নিংথিজনা শেমদোকলম্মী।

অনৌবা মওংদা শেমদোক্লবা মহৈ তম্বগী মতাং অসিদা তমগদৌরিবা মীওইশিংগী চহি মতুংইন্না খাইদোকই। অহানবদা Purba-Buniyadi ( Pre-Basic ) নি। মতাং অসিদা অঙাং-শিংবু চহি ৩ দগী ৬ কাওবা তমগনি। মথংদা Buniyadi ( Basic ) দনা অঙাংশিংগী চহি ৭ তগী ১৪ কাওবা তমগনি। মথংদা uttar Buniyadi (post Basic) কী মতাংদনা পুন্সিগী মথোক কারকপা হায়বদি পাখং ওইবা মতমগী চহি ১৫ দগী ১৮ কাওবনি। মতাং অসিদা Higher Secondary অমদি College education য়াওরম্মী। অরোইবদা Adult শিংনা ( চহি ১০ দগী ৪০ কাওবা ) তম্বা মকম কয়া লিংখৎনবা হোৎ-নরম্মী।

ভারতকী মক্ষম কয়াদা, অসিগুম্বা অনৌবা মহৈগী মতাং আস শক ১৯৩৮ দা চৎনরকখি। অহুব নিংতম্বগী মতাংদা Congress Minister শিংনা শক ১৯৪০ দা office থাদোকখিবদগী অনৌবা মওং আসদা অকাইবা ওইখি। অহুনা শক ১৯৪৫ দা অতোপ্পা Conference অমা Wardha দা অনৌবা মহৈ মশিং তম্বগীদমক কমখি। Conference অসিনা য়াখিবনা Basic School কয়ামরুম লিংখৎনবা হোৎনখি। অহুগা শক ১৯৪৭ তা ভারতনা নিংতম্নবা মতমদা ভারত Government না Basic education বু জাতিগী ওইবা education নি হাইনা লৌখৎখি।

শক ১৯৩৮ দা Mr. Wood অমস্তুং Abbott (expert advisers) না ভারত Government দা Industrial অমস্তুং Vocational education হেনগৎনবা হায়বগা লোইননা technical education চাওখৎনবা হোৎনরম্মী। General education গী মতাংদনা চৎনরকলিবা অহুবু হেনগৎনবা হোৎনরম্মী। অসিনা গরম ওইহুনা Government না Industrial High School, Commercial High School, Agricultural High School, Centres of technical training— Smithy, Carpentry, textile, mining অসিনচিংবা কয়ামরুম লিংখৎখি। মরু ওইবা অতোপ্পা অমনা অনৌবা মওংগী technical institution ; polytechnics হায়রবসি হৌদোকপা অসিনি। অসিদা নত্তনা General

education না Vocational education গা অনিসি Higher level ফাওবদা পুন্না চৎমিন্নবা হোৎনরম্মী।

শক ১৯৪৩ দা জাতিগী ওইবা, মহৈ তম্বগী মতাংদা, Central Advisory Board of education না শম্নখি। Board অসিগী মতুংইন্না অহৌবদগী অরোইবা ফাওবা শেমগৎপা অসিনি। Board অসিবু ভারতকী ইতিহাসতা অরংবা মতাং অমনি হাইনৈ। মসিনা শেমলকপা অনৌবা plan অমদি Scheme গী মতুং ইন্না the Scheme on the post war educational development in India নত্রগা Sargent Scheme হায়না খংনৈ। মরমদি Sir John Sargent না ভারত Government গী edncational Advisor ওইরম্মী। Plan অসিগী মরু ওইবদি—to creat in India in less than 40 years the same standard of education attainment as has already been admitted in England অসিনি।

অস্লুম্না নিংতম্বগী চহি মতাং ম্যৌরকপগা লোইননা ভ রত্তা General education গী মতিক চাবা মমল খংনরকলে। অসিগা লোইননা Democratic Country ওইরবা ভারতনা তুংগী মীয়োনগীদমক্তা খম্নবগা লোইননা মহৈ তম্বা হৌরকলে। অস্লুম্না মমাংগী ভারততা চৎনরম্বা তম্বগী মওংগা মন্নাই চনলকপগী মওংগা অমদি English period কী মওংগা পুম্নমক খেৎননা উরি। মতম মতমগী মতুং ইন্না সমাজগী ফিবমম্লু হোংবনা তম্বগী মওংম্লু অম্লুম অম্লুম হোংলকপননি।

ভারতনা নিংতম্বা অমদি Democratic Country ওই-রকপদা ধর্ম্মগা মরি লৈনবা "তম্বা" হায়রবহু মাংশিনলকপগুম উরকলে। তৌইগুম্বনুং ধর্ম্মতনা ছাত্রশিংগী লমচৎ-শাজৎ শেম্বা ওইবনা ময়ামগী ওইনা চৎনবা য়াবা কাওরবা ধর্ম্মগী মকোক ওইরম্বা Budha, Cenfucious, Jesus, Sankara, Mahabir, Nanak, Gandhi, Mahammad অসিনচিংবা কয়াগী পুন্সিগী রাম্বি তম্বরি। অদুগা অয়াংবা থাকীদনা philosophy and Religion গুম্বা কয়ামরুম তম্বরি।

অদুগা ছাত্রশিংগী মথৌনা অমদি মরোশিং হেনগৎনবা School, College অমদি University শিংদা Student Union লিংখৎতুনা থবক তৌবগী মরম কয়াস্থ থংহনখি।

হৌজিক্কী মতমদদি ঐখোইনা শম্না উরে—মমাংগৈগী অমদি হৌজিক্কি ওঝাগী ফিবম অমদি ছাত্রশিংগী নমুনা অমম্বুং থুংতম, মসি পুম্নমক অসিদা ঐখোইনা য়াম্না খেৎননা উই। তৌইগুম্বনুং মহু অয়ানবা ওইনা থোকনি। মবমদি থাইনগী ছাত্রশিংনা ওঝাগী য়ুমদা লৈদুনা চহি ১২ চুপ্না তম্বা মতম অদুদা phisical education গী মতাং ইয়াও য়াওখিদবগুম উই। অদুবু হৌজিক্কি ছাত্রশিংনা ফংলিবা অসিগুম্ব: মমাংগৈগী ছাত্রশিংনস্থ অদুম কংই। হাইবদি মখোইগী গুরুশিংগী শেবা তৌনবগীদমক অয়ুক অঙনবদা হৌগৎতুনা লৈ-গু খিবা অদুগা গুরুনা হৌগৎলকপদা দণ্ডবত তৌদুনা থুরুম্বা, মুমিৎ, থাবু লাইনি থম্না চৎপনা থোকলকপা উবদা থুরুম্বা, অয়ুক অঙনবদা গুরুগী শেয়াগীদমক্তা

ইরুঙবা অসিনচিংবা অসিনা phisical education গী মচুং চললম্মী।

ওঝাগা ছাত্রগা লৈনবা মখিদা, মমাংঙৈগীনা হেন্না লৈনবগুম উই। মখি লৈনবা অসে তশেংনা নুংশীনবদগী থোকলকপনি। অদুবু মমাংঙৈগী য়ারিদা ওঝাগা ছাত্রগগী অঙকপা নুংশীনবা খুংনুংশী অমদগী উপমন্যুনা অকাওবা ওইখিবা, ঐখোইনা উবা ফংই। ধৌম্যচার্য মুনিগী শিষ্য কয়ামরুম লৈরম্মী। মখোইগী মঙাং মতৌ য়েংগে থন্দুনা অমনা মুনিনা ছাত্রশিংগী পরিক্ষা পিবগী মওংদা উপমন্যুবু যণ শেন্নবা য়াথং পিখিরম্মী। য়াথং অসি ফংবদা ওঝাগী মগুণ খংলবা শিষ্য অসিনা গুরুগী য়াথং পুদুনা লবুক্তা যণশেনবা চৎলম্মী। চাবা থকপা ফংজদ্রবা শিষ্য অসিনা শঙ্গোম তুমদুনা মথয়াই হিংনবা হোৎনরম্মী। মুণিদেবগী মতঙদি মশা অদু কংশিনলক্কদবগুম খল্লম্মী। অদুবু উপমন্যুগী মশানা নোংম-নোংমগী কপৎলকপা অদুদা অঙকপা পোকপগা লোইননা করি চা-থক্তুনা নংনা হিংলিবা অমুয়া মুণিনা শিষ্যদা হংখিরম্মী। মুণিগী য়াহং তাবদা শিষ্যনা অশেংবা মানা হিংনবা হোৎনজবা অদু তমলম্মী। মুনিনা কত্তবা থবক্তি, ময়মদি নংনা যয়াও মচাশিংগী মচিঞ্জাক থকপিদুনা যয়াও মচাশিং ময়াং কংশিনলকলবনি হায়বগা লোইননা থিংখি। অদুদগী শিষ্য অসিনা যমাও মচাগী ময়াদগী চেম্বরকপা কোঙ্গোনশিংদু পক্তুনা মাগী মথয়াই হিংনবা হোৎনজখি। মদুসু গুরুনা থিংবিখি। খয়া লৈয়গা চানিং থকনিংবনা থাংবা তুমজবা শিষ্যনা অঙ্গোৎ মনা

চারুবদগী মখিৎ ভাংজনা মণ হোইগৎনবা হোৎনবদা উখিদবনা কোমদা ভাখিবদগী হৌগৎপা ওমদজনা লৈদ্রে। নিংগুমলক্ত্য গুরুনা শিষ্য খরগা লোইননা উপমন্যুবু শাওশ্রবরা নত্ত্রগা করি অরাবা ভাৱবনো? খল্দুনা লবুক লমহাংদা কৌ কৌদুনা কোইনা থিবা হৌরকখি। গুরুদা অত্ত কাত্ত্ববদা শাওজবা ওমদ্রবা শিষ্যনা গুরুগী খোপ্রেন ভাবদা খর-মথৈ অরাবা কোকচন্ত্রনা গুরুগী মাইকৈলোমদা কন্না লাওরকখি — "ঐ কোমদা ভাজনা লৈরে।" মসিদা নিংবা থুংলবা মুপনা উপমন্যুদা, মহাকনা হৈবা মহৈশিংত্ত পিজনা উপমন্যুবু অনৌবা পুক্সি অমা শেম্বীখি।

হৌজিক্কি ছাত্রশিংস্ত মগুণ চেন্নবা অমদি মথৌ খংলবা ওঝাশিংদা শাওবগী মন্থংতা খোইনত্তম ইকাই হঙোইনা চৎপগা লোইননা মজোন্দা ওঝ ওইবগী অন্নগুণ্বা মতমগী সনমান অত্ত তৌনরি।

মমাংঙৈদা তশেংনা ওঝাগা চাংদম্নবা হায়বসি থোকলকত্রবরা হায়না অমুক খল্লবা চুম্মি। গঙ্গাগী গর্ভদা উদই হায়বা হস্তিনাগী কাওরবা নিংথৌ শাস্তনুগী মচানুপা ভিস্মনা মহাক্কী গুরু পরশুরামবু মাইথিবা পিখি। পরশুরাম মশামক ত্রেতা যুগতা শ্রীরামবু মায়থিবা পিগে হোৎনখিবা নিপানি। অসিগা লোইননা কৃত্তবির্য্যজুনবু মায়থিবা পিবদা নাচুংবা পোকত্রবা পৃথি জয় তৌবা মীওইনি। মহৈতনা মখিং চংলবা অসিগুম্বা পরশুরাম, গঙ্গাগী মচা ভিস্মগী মখুৎতা মায়থিবা কংখি। অসিদগী ঐখোইনা মমাংঙৈদম্ন অসিগুম্নবা নিত্তি

অসি চৎনরক্কবা নত্তে থনবদা অরানবা ওইগনি। অদুগা গুরু ওইরিবা পরশুরামনা মগুণ চেন্নবা অমদি মথৌনা রাংশন্না অরাবসি কংত্রা খল্লি। অদুবু পান্দপ মচাগী ময়াম্বা অহন, কুন্তিগী গর্ভদগী পোকখিবা কর্ণনা শুদ্রগী বংসদা তিন্দুনা দ্রোন গুরুগী মকমদা মহৈ তমগে থনখি। অদুবু গুরু দ্রোননা আর্জ্জুনদা চানবা খুৎচাং অমদি মহোন্দা। হৈহননিংবা উৎপা অদুদা পরশুরামগী মনাক্তা চৎতুনা বিদ্যা তমখি। মতাং অদুদা পরশুরামদি ব্রাহ্মন মচা নত্তবা অতৈ অতোপ্পা জাৎকী মীওইশিংদা মহৈ তম্বীরোই হায়রনা রাপকঞ্চবনি। অদুনা কর্ণনা ব্রাহ্মন মচা শাহনা পরশুরামদা মহৈ তমজখি। কর্ণ কুন্তিনা লৈশানা পোকখিবনি। অমুনা ভুরেন্দা থাদরকপদগী শুদ্র বংসদা তিনখি। অদুবু কুন্তিদি সভিশিংগী মমুংদা চল্লি। কর্ণগী মতিক মহংগদি সুর্য্য ব সগী চল্লি। মহৈ মাশং তম্বা লোইরবদা নোংমা পরশুরামগা কর্ণগা জঙ্গলদা কোইরকখি। লম্বীদা গুরুনা কর্ণগী কৈবাক্তা মান খাংহনা পোংথাবদগী তুমথগ্রে। কর্ণগী খুৎতনা গুরুগী কৈবাক্তা থম্বা য়াদব যুবী খুজাই অমা শিম্মরম্মী। গুরুগী অসিগুম্বা তুমথখিবা অসি অস্তুক্কী মতিক কুইগ্রে। অস্তুম্না হাইনৈ, মমাংদা উচেক কয়ান। চাথোকপ্রবা জামগী মরু অমা হৌগৎলক্কনা মহৈ য়ানবা মতম অদু কাওবদা তুমলম্মী। অস্তুক শাংবা মতম অসি গুরুনা চেপ্পা কায়গনি রাখম্না কর্ণনা গুরুবু হৌদোকলমদে। অদুম ওইনমক মতম কুইরবগী মতুংদা গুরু হৌগৎলকলে। মতম অদুমক্তদা কর্ণগী অহুম্বা থম্মোয় চেৎপা

অসিদা গুরুনা অকিবা ফংনা. ওকখি। অদুম ওইনমক চৎতবা য়াদবা মতাং ওইবনা অশুম অমুক লাকপদা লম্বীদা উজাও অমগী উশা তেকতুনা তারকখি। মহেগী মগুণ খংলবা কর্ণনা তেম্দোংদগী তেন শৎতুনা উবু ময়াইদা ককথৎতুনা নাকল য়েৎলোম ওইয়োমদা থাদখি। হাইরিবা কর্ণনা পাংথোকলিবা অসি গুশাইগী য়ুবী খুজাই অদু 'থক্তা হনগৎথ্রগা তারকত্রিবৈদা। হোৎনখিবনি। খুজাইনা লৈবাক্তা তাত্রিবৈদা কর্ণনা অমুক ওকখি। কর্ণগী অগুকপা শক্তি অদু উবদা ব্রাহ্মণ মচা নত্তে হায়না গুরুনা হায়রকই। মতাং অদুদা কর্ণনা মাগী অশেংবদু তমথোকখি। শাওরবা গুরুনা দখিনা ওইনা য়েৎকী খুবি পিয়ু হায়রকপদা অদুমক কর্ণনা গুরুগী অপাম্বদু পিখি। কর্ণগী পাও তাবদা শ্রীকৃষ্ণ মশামক অমদি গঙ্গাগী মচা ভিষ্ম, থম্মোইদা মহাভারতকী লানফমদা কর্ণগী মথুৎতগী কয়ম্বা পঞ্চ পাণ্ডপ কনগনি খনখি। অসিগুম্বা মীওয় কয়া শেম্বদা পাঙ্গল অমদি মথৌনা হনবা লৈত্রবা গুরু পরশুরামনি। অদুবু ভিষ্মগী মফমদদি অরাবা, ইকায়বা কয়া নংখি।

রাখন চেৎপা অসিন। তম্বদা চংদবা য়াদবা অমনি। ময়মদি রাখস্তনা মীওইবনা হিংনবনি। মমাংবৈদা অতোনবা জাৎতা পোক্লবা হিরন্য ধনুগী মচাম্বুপা একলব্যনা দ্রোন গুরুগী মফমদা মহৈ মশিং তম্নবা লাকখি। নিংথৌগী মচা মগুবু তম্বী তাকপিদুনা লৈরবা নাপল চাওরবা গুরুনা মাগী মতিক মগুণ খোংদোকপগা লোইননা একলব্যবু অতোনবা জাৎকী মীনি,

মহৈ তম্বীরোই হাইরকলবদা একলব্যনা অথাপ্পা জঙ্গলদা চৎতুনা গুরুবু থম্মোইদা চেৎনা খয়গা গুরুগী মুর্ত্তি শারগা মমাংদা বিদ্যা ঔরাইজরম্মী।

মতম কয়াগী মতুংদা গুরুনা মহাক্কী শেবকশিংগা লোইননা জঙ্গল অহুমক্তদা শঃ তানবা লেংবিরকখি। গুরুগা লোইনরকপা হুইনা একলব্যগী মহৈ তম্ফম অহুদা চংতুনা অকাইবা কয়া তৌরুবদগী মহৈনা লুম্না লৈরবা একলব্যন। হুই অহুদা শাওতুনা মহৈতগী মপান্না ময়া কবাক খনলগা খোংবা ঊমদনা গুরুগী মনাক্তা য়োঁহনখি। অউবা কয়ানা ঙকুরবা বিদ্যানি। তশেংনা আর্জ্জুন ঙকখি। অসিগা লোইননা জঙ্গল অহুদা তৌরকইবা অহুগুম্বা অঙকপা মহৈ অহুগীদমক্তা গুরু মশামক ঙকখি।

ঙসিসু অসিগুম্বা ছাত্রগী পুকচেন চেনবা য়াওদবা নত্তে। জঙ্গলদা শাৎপা লৈরাং কয়ানা মাংখিবা অহুগুম্বা থম্মোইদদি পুকচেন অসি চেনবা ছাত্র কয়ানা নিংবা কাইবগী য়াথঙ্গা ইরাক্পহুনা মাংখিবসু কোঙ্গাইনি খনবদা খনমনবা ওইরোই।

তম্বদা ভারত সমাজগী তত্তনা হোংলবা মতাং অসিনা অকাইবা কয়া ওইরি। মহৈ হৈবা কাংবু আস ১৯৬১ কাওবদা আসামদা ২৫·৭৬% তমক ওইরম্মী। Primary education বু চাহি ১০ গী মতুংদা, চহি ১৪ কাওবগী ছত্রশিংদা Free and Compulsory ওইহনবা হাইনা ভারতকী Constitution না য়াথবা য়াকম অহু নিংখিনা চৎথবা ঙমখিদে। অহুবু মহৈ হৈবা য়াওহ্রবাদ

Democracy চাইবসি ওইখোকলোই। অতুনা নৌনা হৌদোকনবা Five year plan না Primary education গী দমক্তা লুপা লাখ কয়া কয়া কাইথোকপা হৌরকলে। অতুনা Primary education গী মতাংদা খরা মখৈদি হেনগৎলক্লে। তশেংনা ভারততা মতৌ মশিং কম্বগী লম্বীদা তপথখিবদি—

১। স্কুল Building মতিক চাদবা।
২। পুস্তকগী মতিক চাদবা
৩। শাস্ত্রফম নিংথিনা লৈতবা
৪। অওজাশিংগী চোকথরকপা মতাংদা চিঞ্জাক পিদবা
৫। মমা মপানা পাম্নদবা
৬। ছাত্রশিংনা মমা মপাগা থবক শুমিন্নবা
৭। মমা মপা লাইরবা
৮। স্কুল লাপ্পা লৈবা
৯। ক্লাস অমদগী অমদা কাবদা যাম্না কুইনা চংবা
১০। তমগদবা মতাংসু Theory গীদা ওইনা তৌবা
১১। ওঝাগা ছাত্রগা মরি রাৎপা
১২। সমাজনা তম্বগী মতাংদা পাম্নদবা
১৩। ওঝাশিং অসি মতিক চাদবা

অসিনচিংবা মওংশিং অসিননি।

হৌজিক্কি Basic education শিজিন্নবা হৌবগা লোইননা Primary education গী মওং মতৌ পুম্নমক চাওখৎনবা নৌনা শেমগৎলবা Panchayat শিংদা শিন্নখ্রে।

ভারত Government না অপুনবা অমা ওইনা লৈশিংবনা লম পুম্নমকপু নিংথিনা, ফজনা য়েংশিনবা ঙমদবদগী Panchayat system না মতেং কয়া পাংথবনি। মহৈ মশিং তম্বগী মতাংদম্ব নৌনা হৌদোকপা মও, অসিনা নাকল পুম্নমক্কা চাওথহল্লকবা কয়া হোৎনরকখি। অরিবা, ফত্তবা, ভারতকা চুনদবা কয়া য়ারিমথৈ থুনা মুৎথৎলকবা হোৎনবা হৌরকলি।

স্কুল, কলেজ মরাং কাইনা লিংথৎনরে। লাইরবা ছত্রশিংদা মতেং কয়া অমম্ব পাংলকলে। Primary education গী মতাংদা স্কুল মশিং অঙকপা ফংনা হেনগৎরকলে। Government না থদবা Board School শিংস্ব মশিং নাইদনা হেনগৎলকখস থুঙ খুদিংগী স্কুল লৈশিনলক্লে। মমা মপানা তম্বগী কান্নবা থৎলকলে। ওঝাশিংগী Training গী দমক্কা Teacher's Training College মশিং নাইদনা হৌগৎলক্লে। অঙাংশিংবু তম্বদা পুক্লিং চংনবা অয়াবা রাথন মথৈ শাজিন্নম্ভনা চান-থক্কবা ফাওবা স্কুলশিংদা য়েনবা হৌরকলে। School শিংদা Mother গী ফম থমজুনা অঙাংশিংগী অরাৎ অপা য়েংশিন্নবা হোৎনরকলে। অম্বম্বা হৈনিংদবা ছাত্র ফাওবা নমজুনা হৈহননবা হোৎনরকলে। ফওবা ছাত্রগীস্ব High School গী মতুংদা মশা মশাবু নিংথিনা হিংনবা অনৌবা বিদ্ধ কয়াগী তম্ফম কয়া অগম্ব হৌদোকললকলে। ওঝাগী মথৌস্থ নোংম নোংমগী অম্বম অম্বম য়াম্বা হেনজিনসক্লে।

অসিগুম্নবা অসি হৌদোরকপা ওঝাশিংগী মথৌনা,

ছাত্রশিংগী ফিবম, নমুনা পুম্নমক শমলপ্পা উৎচরে। ভারততা মহৈ তম্বদা থাংজিনলক্লিবা খোংথাং, Democracy অমসুং education গী অনৌবা মওংনা লৈতেংলবা ভারতকী অনৌবা বিদ্যা অসি ঙসিস্সু চৎথখিনি, হয়েংনা চাওখৎলক্কনি। মথংদনা মপুং ফাবা হায়বত্তু ওইরক্কনি। অসিগা লোইননা তুমত্তুনা লৈরম্বা ভারত মচাশিংনা General education গী মঙান্দা তাওত্তুনা মবৈপাক মজাতিবু মুংশিবা নোংম নোংমগী হেনগৎলক্কনি। ভারত মচাশিংনা মীমুংশি মশক খংলকপদা খংহৌদনা পাইরিবা ফিরানবা, নিংতম্বগী হয়াও ইপোমদা পেন্না পাইজ্রবস্সু নোংমদি পৃথিবী শিনবা থুংনা পাইবদা মতিকচাবা ফিরান ওইরক্কনি। ঙসি নিং তম্মে। মুংঙাইরে। চৎক্রে ভারত মচাশিংদা পকলম্বা অরাবা ফংতবশিং অত্তু খংহৌদনা। অনৌবা ওঝাগী অনৌবা রাথন্না ঙসিদি ভারত মচাশিংগী মওং তশেংনা হোংলবনি। নোংচুপকী মীশক কিররোই, নোংপোক্কী মীওই চিংনররোই, য়েক্লবা অমতা লৈররোই, খা রাংস্নু মরুপ ওইরনি ; ইনিং তৌনা মুংঙাইবা ফংলনি।

# ওঝা

## [১]

ইতিহাস হায়বসি হৌখ্রবা সমাজগী মমিনি। মমি অসিবু তশেংনা ফুংদা হকপা ময়েক্কুম থনম্মীবা অসনা ওঝানি। অদুদি সমাজদি কনানা শেম্বা তারে? মীওইবনা সমাজ শেম্বা হায়বসি মশানা তারবনি। পিকলিবা অঙাং কয়ানা মাগা নকবা

ওঝাগী শক্তম

অদুগী মওংমতৌ, লমচৎ-শাজৎ অসিনচিংবা কয়াগী মতুং ইন্না হোৎনবদি অনকপদা হৌবা উপালদা উখ্রিনা য়েংকে তৌবগুম্বনি। অঙাংদি মোংম মন্ত্রগা নোংমদি শোইদনা সমাজগী অকনবা লিচিংগী মথাদা মঙান চাওরবা অমা ওইরক্কদৌরিবনি। অঙাং অদুবু শেম্বনা ওঝানি। অদুনা ওঝানা অঙাংশিংদুবু শেম্বীবতা নত্তনা সমাজবু শেম্বা মশানা তারবনি।

মীওইবদি মশা মথন্তনা হিংবা ঙমদবা জীব ওইবনা অমনা অমগী মতেং পাংদৈ। মতেং অসিতগী পাঙ্গলনা মীওইবনা সমাজ শেম্মী। তশেংনা হায়রবদা মতেং পাংনবা হায়বসি কদাইদগী লাকপনো? মসি ঐখোইগী ইতোপ তোম্বা পীবোকললকলবা রাখেন্দ্রগীনি। অদুনা ঐখোইগী মাখন হায়রবা অসি সমাজগী য়ুম্ফম ওইরবা মায়োই। হাইরিবা য়ুম্ফম অসি অহানবদা তোং-হুনা লৈরম্বা নত্রে। "ওঝানা থোনগৎলক্কনা তোংখিবনি।"

অচুনা ওঝাগী খৌজান হৈয়বা মখৌ অচুতনা অপুনবা পুরক্লবা লম্বী শেম্বনি। "অকবা ওঝাগী মতোং ম্নাওয়রবদি ম্বাইদবী কনবা থম্নচুনা শেমগৎপা অচু শোইদনা মাংখিপনি। ম্নাওয়গনা কত্তুবা কয়ানা নমচুনা লৈরবা অচু ফাওবদা খংহৌদনা শেগৎপা ঙমগনি।" ওঝানা মহৈ-মশিং তম্বগী মরমদা ম্বাইদগী য়াংবা থাকী মীনি। মখোইগী মতেংতনা চাওখৎলকপগী খাকস্ন হেনগৎলক্কদবনি।

লাইরিক তম্ফমশংদা পিবা, ওঝাগী ফিবম, নমূনা অচুনা মরম ওইচুনা ওঝাগী মশকস্ন তাকই। ওঝাগী অঙকপদি ময়াম্বা ইচম চম্বা উবা ফংদবা কয়া মহাক্লা উই। ওঝা অমনা ছাত্র চাম য়োমস্নু মতম অমতদা তম্বীবা ঙম্মি। মতম অম্নমক্তদা ওঝাচুনা ছাত্রশিংগী মওং মতৌস্ন খংবা ঙম্মি। অচুগা অপংবা অমদি অশিংবা কয়ানা পুন্না লৈম্নিবা ক্লাস অচুদা মানা লোই-নমক খংনবা হোৎনবা অসিস্ন মহাকী তশেংনা পিখোকলকপা অমদি মগুণ অচুতননি। ছাত্রশিংনা ওঝাদা য়েংবা মতমদা ওঝাগী মিৎনা ছাত্র থুদিংমক্তা থম্বা অসিস্ন ওঝাদা ঈশ্বরনা ময়ামদগী থোইদোক হেন্দোক্লা পিখোকলকপা মনা ওইবা তাই।

ওঝানা মখোইগী মখৌ তৌরিঙৈদা মশাগী অপাম্বা, কম্নকপা মিহৌবা পুম্নমক কাওথোকই। মখৌ অচুদা মাই ওনশিনবত্তা নত্তুনা মথয়াই কাওবা পাম্মুবা অমদি মশাগী ফিবম, ইমুংগী মৈশা, লাইরবগী অরাবা, লানগী অকিবা পুম্নমক কাওথোক্নুনা হুংঙাইবা সংসার অমা মানা ছাত্রশিং অচুদা তাকইবা অচুতনা শেম্মী। ওঝাদি—"They will not look upon their

*Report of the Secondary Education Commission*

work as an unpalatable means of earning a scanty living but an avenue which they are rendering Significant Social Service as well as finding some measures of Self fulfilment and Self-expression" অম্বম্মা হায়। করিগুম্বা জাতি অমগী ওঝানা জাতি অম্বুদা লৈরিবশিংত্তগা রাখন, লৌশিং মথৌনা অমস্থং মীয়ুংশি পুম্নমকসে মায়না লৈবা তারবদি ওঝা হায়বসে অথয়না লৈবগী দরকার লৈতে। অদুনা মীগী মওং, শকতা, ফিবম, নমুনা, কুচু, ফিরেপ, খুচৎ-শাজৎ, রাঙাং-শাঙাং খেৎনবগী মতুং ইন্না লৌশিংম্ব খেৎনবা তারি। তম্বীরিবনি হায়দ্বনা তম্বীবনা ওঝানা হেনকম খোকপা হায়বসি মশানা তাবনি। করিগুম্বা হেন্দ্রবদি করম্মা ওঝানা ছাত্রশিংদা তম্বীগনি। মসিম্ব জরুবা অমনি। ওঝানা তাকলকপা পুম্নমক অনৌবা জ্ঞানগী পরেংদা লেংশিনগদবনি। নৌনা হৌরকপা ছাত্র অমদি ওঝাগা মায়োক্নবা য়ায়বা ছাত্র কয়ানা ওঝাদা তাকপিনবা হাইজগদবনি। অদুগা লোইননা থম্মোইদা থমগ্রবা থম্মা অদুগী মতুংদম্ব চিন্না অমুক শোন্দুনা লেম্নবা মঙোন্দগী নিজগদবনি। অকবা ওঝাদি কদৌম্নুংদম্ব অতোম্না মশাগী কান্নগদবা থবকম্ব তৌগে হোৎনরোই, নিংবফাওবা নিংলুরোই। মহাক অদুদি ওঝা অমা ওইনা অদুম হৌরক্কদবনি। অঙাংদি নিংথাদা থংজি হায়নবগুম্না

ওঝা ওইরক্কদবা কয়াস্থ পিকলিঙৈদগী অহুম থংনবা য়াবনিগ্‌ মসি থিজিনবা রাৎপদগী ফংদবনি।

মহৈ হায়বা অসি মীওইবদা চংদ্রবা য়াদবা অমনি। মীওই-বদত নত্তনা তাইবংপানবদা লৈরিবা জীব পুম্নমকস্থ মাগী মাগী পিথোকললকপা মহৈগী মপান্না হিংনবা ভাক্তেনি। জঙ্গলদা লৈবা শজিনা করম্না শাহিংচাবা কৈদগী নাম্বোকপা ঙম্মি? মসি মহাক্না লৈঙ্করিবা মহৈ অহুননি। অস্থুম্না জীব পুম্নমক্না মহৈগী মতেংতনা মশাগী মথরাইবু কল্লি। মীওইবনা জীব পুম্নমক্কগী থোইদোক হেন্দোক্না রাখন খনবা ঙম্বা জীবনি। অস্থুম্না হাইনৈ—মীওইবা হাইবসি মখোং অনি পানবা রাখন খনবা ঙম্বা জীবনি। অহুনা রাখনগী মতুংইন্না মহৈস্থ অহুম হেনগৎলক্কদবনি। হায়রিবা মহৈ-অসি ঐখোই মীওইবগী ওঝাগা ছাত্রগা নুংশিনবা হায়বসিগী মন্নুংদা থুপ্তুনা লৈ। নুংশিনবা হায়বসি মথল য়াম্মী—মমা মপানা মচা ওইবদা নুংশিবা, নুপী-নুপা ওইবগী অমনা অমবু নুংশিবা, মী অহুগী মওং মতো, মগুণ অহুনা নুংশিবগী লৈখোন লৈহুনা নুংশিবা, রাভাং শভাং, লমচৎ-ব্যাভারগী মতুং ইন্না নুং-শিবা অসিনচিংবা নুংশিবগী মথনশিং অসিদা ঐখোই মীওইবনা করম্না মী অমদা, মচা অমদা, মপা অমদা নুংশিবা উৎকদগে হায়বসি লাইনা উবা ফংই। অহুবু নুংশিবা অসি মীওইবনা লাম্না শিজিন্নরুবদগী নুংশিবনা মরক মরক্তা তত্তনা লমন থুম-লকই। অহুদা ঐখোইনা অমাংবা হায়বত্র ফংলকই। জঙ্গলদা লৈবা শাহিং চাবা জীবনস্থ মচাবু নুংশি, য়ুমদা য়োকপা উচেক

অমদি লমদা কোইনা পাইথুনা লৈবা চেক্লা কয়াম্থ, লাব-অমোম মচা পুম্নমক অমনা অমবু নুংশিবা উংনবসি ঐখোইনা উবা ফংই। অদুবু মখোইগী নুংশিবা খুৎনুংশি অদু শোইবদগী মমৈ-থংদদি অমনা অমবু কাওনরকই। মমা-মপা অমদি মচাগী রাখম খঙরক্লে। মসি শম্ন হায়রবদা নুংশিবা খুৎনুংশি অদু শোইব-দগীনি। অদুনা য়াম্না লাইনা লৈরবা নুংশিবা হায়বা অসিদা অকুবা হায়বসিনা পিক থম্না লৈ। হুইনাও মচা চাম্না তৌরগা লৈতান লেকই হায়নৈ। মসিস্থ চানবা খুৎচান শোইবদগীনি। মমা মপানা মচাবু নুংশিবদি পুকনুংদা নুংশিগনি, মপানথোক্দা নুংশিবা উংলবদি— ফজবা, নুংঙাইবা পাম্বা মীওইবনা পুন্সিগী অকনবা লানকম কয়া লাংব, হোৎনবদা মাংথিবা ফংই। অদুনা ওঝানা ছাত্রশিংবু নুংশিবা অমদি ছাত্রশিংনা ওঝাবু নুংশিবা হায়বা অসিস্থ মখোই মখোইগী মথৌ অদু পাংথোকপা ঙম্নবা হোৎন হোৎনননা নুংশিবগী মওং অদু উৎকনি। নত্রবদি জঙ্গলদা লৈবা শানা মমা-মপাবু কাওথোক্লবা অমদি মচাবু মমানা চা-থোক্নবা হোৎনরকপা অদুগুম্না ঐখোইগী চাওথংলবা সমাজ অসিদস্থ থোক্কবা য়ারোই।

ওঝা অমনা কদৌম্নুংদস্থ ছাত্র অমবু ইচম চম্না হেকতা তম্বীবা ঙম্লোই। ওঝা তাবগনা মহাক মশামক ওঝা অমা ওইবগী শক্তি লৈবা তাই। লাইরিক লাইস্থ নিংথিনা হৈরবা কনাগুম্ব অমনা ওঝাগী মথৌ হেক্তা পুবা য়ারোই। মশানা মশাবু মশক থংবগা লোইননা মহৈনা লুম্ন লৈরবা, মীওইবগী

পুকচেন, য়াখন কয়াবু মহৈনা হাইফেৎ য়েংবদা উবা ঙম্নবা অদুতনা তম্লীবা অসি লাইনা পাংথোকপা ঙমগনি।

মীওইবগী হকচাং অসি মহৈগী উপুগুম্বনি। কয়িগুম্বা ঐখোইনা উরুবা, তারুবা, শোকলুবা অমদি হায়া থেংনম্নবা অসিদগী খংঙকই। খংঙকইবা অদুবু ঐখোইনা থোপ অসিগী মগুংদা অমুক হাপ্লিনলি। হাপ্লিনখিবগা লোইননা মশা, মশানা হৈরবা হায়বদু ওইরকই। অদুগা খংঙকইবা অদুগী মপু ওই। ঐখোইনা খংবা ঙম্বা হায়বসিমক্তবু হায়কেৎ লাইনা উই। মুমিৎ থুদিংগী থোপকী উপুগুম্নবা, চেৎনা শো লোনবগুম থম্নবা অসিদা খংঙকপশিংদু হাপচিনগি। চংবা ঙমদবা, হাপচিনবদা চন্দবা মহৈ কয়াস্ত মরক মরক্তা তত্তুনা য়াওরকই। য়াওরকইবা অদুস্ত ওঝানা তাশিন-খোৎচিন তৌবিরগা উপু অসিদা হাপচিনবী অস্তুম্না মহৈগী শেমগৎ-শাগৎলকপা পুম্নমক্তা ওঝানা মতেং পি। নোংমদা ঐখোইনা খংবা ঙম্বা হাইবশিমক্তবু মপান নাইদে। মপান নাইদবা মহৈগী পুকৈনি। পুকৈ অসিদগী মীওইবনা হিংবদা চঙ্গদবা মহৈগী শরুক্তি খজিক্তং কংবদা অদুম য়ারে।

মহৈদি কয়িগা চা দয়গনি, কনা লুবা য়ানি। থাইনগী য়াদিদা নিংথৌ অমখকনা প্রজা ময়ামদা লাওথোকখি— ঐবু পুস্নিশিমগী পেম্নবা য়ারি তাহনবা ঙম্বা মুপাদা ঐগী চাওরবা লৈবাক অসিগী তংখাই অমগা ইচামুপী অসিগা মনা ওইনা পীগনি, ঙমদ্রগা মপুস্ন মাংহনগনি। লৈবাক কয়াদগী য়ারিলিবা অহৈবা কয়া লাকতুনা নিংথৌদা য়ারি তাহনখি। অদুবু লোইবা নাইবা

ৱারি ঙাক্তা ওইবনা, ৱারিনা লোইরকপা মতমদা নিংথৌনা মখোইগী পুন্সি মাংহনখি। অদুবু অরোইবদা নিপা অমা লাক্লগা ৱারি লিবা হৌরকখি।

আরবকী ৱারি

ৱারিদি:— য়াম্না চাওরবা পুকৈ অমদা মথুন অহোবা অমা লৈ। অহোবা অসিদা কৌজেং থরনা চংঙকতুনা, কৌ থরা থরা চেস্থোকখি। কৌজেংশিংদু অহোবা মথুন অদুদা অমদগী হেন্না চংবা য়াদে। অমনা থোকঞ্জগা অমনা অমুক চংদুনা কৌশিংদু চেস্থোকই কৌদি চহি খুদিংগী হাপচিনবা লেপ্তে। অসুম্না লিথরকপদা নিংথৌনা মথা লৈত্রবয়া হায়রকখি। ৱা'র মথানা—কোঞ্জেং অমা অমুক চং, অমুক পুথোক, অমনা অমুক চং অমুক পুথোক, অমনা অমুক চং, অমুক পুথোক অসুম্না চংথরকই। অদুনা লোইবা নাইদবা ৱারি ওইবনা নিংথৌনা মনা অদু ৱারিলিবা অদুদা পিখি। অসিগুম্না মহৈস্সু লোইবা নাইদনা থোইনদুম হেনগৎতুনা লৈরি। অনৌবা ৱাথনগা লোইননা মহৈগী পুকৈ অসিদগী ঐখোইনা মহৈ লৌনবা হোৎনবদা অমদি লৌশিনবদা ঐখোইনা থবক কয়ামরুমসু পাংথোকপা তারি। থবক অমা তৌবা হায়বসিমক্তবু অরা-অনা কয়া থাংবা তাই। অদুগা লোইননা চোকথবা, অরাবা, তম্লকপা, পংশিনবা কয়ামরুমসু থোকপা হায়বসি মশানা তাবনি। পুম্নমকসি অশিংবা ওঝাগী মপুং ফারবা খুতম্বী অদুতনা কোকহনবা ঙম্মি। অদুগা মহাক্কনা থবক অদুদা লমজিংবি। লমজিং য়াওজবদি করিগুম্বা

থবক অমতা মপুং ফানা পাংথোকপা ঙম্মোই খনবসু খনমনবা ওইরোই। তশেংনা হায়রবদা লমজিংলিবসি ওঝানি মতেং য়াওত্রবদি করিগুম্বা অকবা থবক অমা পাংথোকপা হায়বসি অরুবনি।

ঐখোইনা ফমজিন্দুনা লৈরবা লিক্লি মগুংগী যুবি থাওদু হৈদোকপা মতমদা করি অমতা তারকওই। লিক্লি অদুদা ঐখোইনা হন্না হন্না হোৎনগনি। অদুবু হোৎনমন্দি ফংলোই। মমৈথংদদি তৌরিবা থবক অদুগী মাই পাক্কবা, হোৎনমন ফংদবা অদুদা, শাওরকপা, লুংঙাইতবা, রাকপা মশানা তাবনি। অসি-গুবা অসিবু লাইনা ঙমহনবদি মৈদ, মৈশাদা, লুংশাদা ঙাইহাক্তং থম্লগা, হায়বদি নংদুনা লৈরিবা মহি অদু লাংথোক্লবা হোৎনবা তাই। অসুম্না মতাং অসিদসু মৈ অদু ওঝানা ওইরগা মহৈ তানলিবা পুম্নমক্ক মহাক্কী মতেং লৌরগা থবক পুম্নমক চৎথগনি। অসুম্না চৎথরবতদা ইহোৎ হোৎনদনা থবক অদু পাংথোকপা ঙমগদবনি। মসিগী মতুংদগীদি হোৎনরিবা অদু হৈনরবা থবক ওইরক্কনি। মতুংদা অদুগুম্বা থক্কীদমক্তা মহাক অদো রাথন ইচং চংলক্লোই। অসুম্না পিক্লিবা অঙাং কয়াদগী হৌনা, মখোইগী ফমজিন্দুনা লৈরিবা অদু শোৎদোকহনগদবনি। শোৎদোকহনগদবা মহাক অদু ওঝানি৺ করিগুম্বা ওঝা অদুনা ফদি ফরগা, মত্তোন্দা ওঝা ওইবগী মঙান অদু য়াওত্রবদি ইরাই লাইনা শোদোকহনবা য়াবা অঙাং অদুগী ফমজিন্দুনা লৈরিবা অদু শোদোকহনবা ঙমগনি খনবসু ওইথোক্তবনি। তশেংনা হায়রবদা মহাক অদুনা

কনাগুম্বা অমবু কাওগৎলকপা অমা ওইহন্নবা শেমগনি হায়বসি থাজবা য়াবা রাকম নত্তে।

ঐখোয়না ইনক নকপা মকমদা হায়বদি প্রাইমারী স্কুলশিংদা অওাং কয়াগী মওংনা ওঝাগী মতিক মগুণ তাকপা উরি। অঙাংনা ফুগন চৈগনবা ওঝাবুম্থু য়াম্না কিবগা লোয়ননা মাগী পরা ফানবা, পরা লৌথবদা পুক্নিং চংন তানবা হোৎনবা উরি। অদুগা য়াম্না কুপন চৈগল্লবা ওঝাগীদনা ক্লাসতা মকম মরাং থওদনা কমনিংদবগী মওং উৎতুনা রারী কয়া শাবা অমদি মপান থোকে হায়রকপা কয়াম্থু তত্তনা তারি। অদুনা—“Various Research studies show clearly that the emotional stability of teachers affect that of pupils unhappy frustrated, dissatisfi d teachers cannot help their pupils to became happy well— Adjusted young people” হায়বসি নিংশিংগদবনি।

*UNESCO*
*The education & trainning teachers*

পুম্নমকসে ওঝা ওঝাগী মতিক মগুন অদু অঙাংশিংদুনা উৎপনি। তৌইগুম্বম্থুং পৈশা তাল্লিবা, মতম ওাইবগী ওঝা ওইরিবা ওঝা ইবুংঙো, ইবেম্মশিংনা অঙাংশিং অদুগী মিৎয়েং অদু থজিন্দুং উবিরবদি, চাওখৎলবা সংসার অসি তশেংনা অমুক্কা হেন্না চাওখৎলকগনি থন্দবা ওমদে। অদুবু ওঝাশিংনা মতাং অসিদদি মিৎ ভাংবগুম ইউ উদবসি চুমদবা থবকনি থনবদা থনমনবা ওইরোই।

অসিগুম্বা মওংশিং অসিবু কোক্নবা থনবদা, অনৌবা মহৈ মশিং তম্বগী মওংদা অনৌববু পুখোকলিবা, ওঝাগী তমকম কম্না পুখোক্নুনা, ওঝাগী মগুন হাপকৎলক্নবা হোৎনলাক্লিবা অসিনা শোইদনা অনৌবা সমাজবু, অনৌবা মওংদা শেমদুনা চাওখৎলবা অমা ওইরক্কনি থনবদা থনমনবা ওইরোই। অসিগা লোয়ননা ওঝাগী মগুনস্থ নোংম নোংমগী হেনগৎলক্লগনি।

---

# ওঝা
## [২]

অঙাং ওইরিবা ছাত্রনা করম্না কি-য়োন শেৎপদা পুক্নিং চংলকই ? অগানবদা মমা মপা মত্রগা ইমুংতুগী মাবু শেৎপী খোৎপীবা ওম্বা অদুনা শেৎপীরগা স্কুলদা থারকই। অদুবু অঙাং অদুনা নুমিৎ খুদিংগী স্কুল কাবদা উক্নবা ওঝাগী নিংথিবা কিজোন অমদি লম্বী চৎপা কম্নানা শেৎলিবা পুম্নমক্কগী মখোয়গী মতৌ তমনিংবা হায়বসি পোকললকই। অসিনা মরম ওইদুনা য়ুম্দা খোংগ্রাও ফজবা লৈবিয়ু অসিনচিংবা অঙাংশিংনা মমা মপাদা তাল্লকই। মওং অসি অঙাংশিংদত্তা নত্তে। হাই-

**ছাত্রশিংনা ওঝাগী মতৌ তম্বা**

স্কুল তম্নবা অমদি কলেজগী ছাত্র কাওবদা মখোই মখোইগী ওঝাশিংগী কিজেং চাকচা য়েংদবা নত্তে। কল্লকতবস্থ নত্তে। অসিদা নত্তনা সেনেমা, ড্রামা কম্নাদা উক্নবাঅরাপ্পা অমদি অনকপা জাতি কম্নাগী

মওং কাওবা তমলকলবা চাওখৎলবা সমাজনি। অদুনা শম্না হায়রবদা ওঝাগী পুক্নিংগী রাখন ঈথক-ঈরাংনা ছাত্রগী মওং শেম্মী। অরা-অনংগী মওংদা পুক্নিং মুংনাংনা লৈরবা, নিংবা কাইবগী রাখল্দা তাওদুনা লৈরবা, পেনবা হৈত্রবা, অদুকাও-বদা ওঝাগী থবক তৌরবা অদুগুম্বা কয়ানা ছাত্রশিংবু মতেং পাংবা ওইথে ক্লেবনি! অদুনা অসিগুম্বা ওঝাশিংগী মিৎয়েং মখাদা লৈবা ছাত্রশিংনা মুংঙাইনা, মপুং কারবা মীওই অমা ওইরক্লনি হায়বসি কনা লুনা থোকপা রাকয়ি।

ছাত্রনা ওঝাগী লমচৎ-শাজৎ, কিজেৎ চাকচা পুম্নমক তম্বা হোৎনৈ। ছাত্র অদুনা তায়বদি ওঝা অদুনা তাকপিরিবা, তম্বী-রিবা অদুতনি খনবা য়াদে। মরম অদুনা ওঝাশিংনা ছাত্রনা তমখিবদা মতিক চাবা মওং পুম্নমক ক্লাস অদুদা উৎকদবনি।

ছাত্রদা ইনশিন্দুনা, হায়জিন্দুনা থবকী মুংঙাইবা পিরবা, থবক অদু চুমগে চুম্মু, লানগে লানমু মদুগী মুংঙাইবনা অনৌবা থবক কয়াম্মু অম্মুম্না মাই পাকত্রা খনহনবা ওম্বা ওঝা অদু তশেংনা ওঝা ওইবগী থাক্তা হৈ-শিংলবা হাইবদি ওঝাগী থবক্তা কজনা খংলবা মীওইনি। মহাক অদু ময়াম্না খংনবা য়ারবা মতিক চাবা ওঝানি।

ছাত্রশিংনা মখোইগী তৌক তৌরুবা থবক্তা, মদুগী কল-গীদমক্তা য়াম্না চিংনবা হায়বসি মশানা তাবনি। মরমদি অহৈবা অমগী মমাংদা হৈতবা অমনা করিগুম্বা থবক অমা তৌবদা পুক্নিংদা অকিবা, চিংনবা, ইন্নুং-মুংঙাইতবা পোকপা হায়বসি

মশানা তাবনি। অছুগীস্থ মথক্তা ছাত্রশিংনা তৌরিবদি ওঝাগী মমাংদনি। ওঝাদি খংলবনি। ক্লাস অছুগী মঙ্গুংদা অথংবা কয়ামরুম য়াওরমগনি খনবস্থ লানলোই। ক্লাস অছুগী মীশিংঙু য়ামজ্রবদা চহিগী মতুং ইয়া অহন-অণ্ডাং খাইরবস্থ মখোই অছু মহৈগী মতাংদদি "অমনা অমবু হেন্নদবা চহি মতাংনি।" অছুনা করিগুম্বা লানগ্রগা মমায়বশিংগী মমাংদা ইকাইবা হায়বা অসিস্থ ছাত্রগী কাওত্রবা রাখল্লি। অসিগীস্থ মথক্তা মুপি-মুপা পুন্না তমীন্নবগী ইকাইবত্থমস্থ চেন্দবা য়াদে। ইকাইত্থনা তোকহল্লবদি অমাংবা নত্তনা কল কংঙোই। মসি পুন্নমকসে ওঝাগী অনৌবা রাখন, চিংনদবা পাওতাক পিবগা লোইননা ছাত্রবু পুক্লিং খোগৎ-পা অসিতগী মথা পোনবনি।

চিঙ্গাক রাৎপনা মরম ওইত্থনা কংশিল্লবা, অরাবা পোৎলুম পুবদা পুক্লিং ইরাং হৌরবা অছুকাওবদা মহাকী মপাঙ্গল, মখৌনা অমস্থুং মথরাই য়াওবা হুন্দবা অচুগুম্বা ওঝা অছুদি লমচৎ অমদি ব্যাভার হোংলোই। মহাক অছুদি শোইদনা মতমগী মগুণ খংবা অম্মা ওইগনি। অসিগা লোইননা মতস্থুস্থ কিনা চৎকনি। মমলস্থ খংগনি। মহাক অসিনা অককনবা মতমদা মখৌ অছু পাংখৌরুবা হোৎনরকপদা অচেৎপা রাশক লোইন-রকনি। অছুগা ছাত্রশিংনা মঙোন্দগী "ধাতু অতৈবু কাওবা স্না ওনহনবা ঙম্বগী বিদ্যা অছু কংজবা ঙমগনি।" অসিগুম্বা ওঝা অসিবু কংজরবা সমাজ অছুনা লৈখা তাবগী মছুক্রা নোংথক্তা রাংনা মশা পানবা উচেকুম কোইপাই পাইবকাওবা ঙমগনি।

অসিগুম্নবা ওঝা অসিদি ঈশ্বরনা মখোয়গী মখৌনা অমু তশেংনা সংসার অসিদা উৎলুনবা থারকলত্রা? নত্রগা মহাক্তৌ লৈত-লাইর অহুতবু কোরুবা থবক্তা পূক্লিং চংত্রা? নত্তে, মহাক য়াম্না য়ারবা, চান-থরুবগী মওংদম্নু য়াৎলবা মমারবশিংগী মমাংদম্নু ফিজেৎ চাকচা তোম্লবা অহুগুম্বা অমা ওইবা য়াই। ময়ুমদম্নু অনাবগী নাহেবা, লৈতবগী মুংনাংবা পুম্নমকসে ফংলবম্নু মহাক অসে লাই তোংলবা মাইবিগুম্না অরা-অনা কাওথোক্তুনা মানা ওাংডিবা শকইবা অহুতনা পুম্নগী মিকুপ অহুবু মুংওাই ঈপাক্তা তাওহনলি। অসিগা লোয়ননা মিকুপ পু ক্তা থু দংগী মানা ছাত্রশিংগী মওং খংসকপা অহুতনা য়ুমদম্নু অরা-অনা কাওচনলি। লাইরবা ওঝা মহাক্তা মতম নাইদনা ময়ুমদা লাক্তুনা মহৈ তমজরবা ছাত্র শংদা লেপ্না ফাওবা তম্বী। অসিগুম্নবা ওঝাশিং অসিতবু ছাত্রশিংনা ফংজবদা—মাইথোং মকা লান্না মাগী পাওতাক অমদি মহৈ করামরুম অহুবু ওাইহনা ছাত্রশিংনা মুংওাইবা কোংদোকই ৺অসিগুম্নবা ওঝা অসি পিথোকলকপনিম্নু, হায়নিংদে, লৈত লাইর কোরুবা হোৎনরিবনিম্নু থম্নিংদে, তশেংনা মহাক অদো মথৌ মশক খংলবনি।

ওঝাগী লমচৎনা, হায়দোকথিবগা তৌথোকলকপগা মান্নবা, থেৎনবা য়াওত্রবা অমু ওইরবদি সমাজচ, চাওথৎলকপগী অচানবা খোংথাং থাংজিনবা হৌরকলবনি। ছাত্রশিংনা অসিগুম্বা ওঝাগী মওং মতৌ অমু তম্বা ওম্নবদি তুংগীদমক্তা চাওথৎলরুবা অওানবা থাওমৈ থানগৎলকপগুম্বনি। ছাত্র তম্বীবদা মথরাই য়াওরবা,

তম্বীরিবা অজ্ঞদা মপুক্লিং চংবা অমম্তু ওঝানা ওইগদবনি। করিগুম্বা ওঝা অমগা তম্বীবগী মওং হৈনজ্রবা, ছাত্রশিংগা তোঃন্নতিন্নবদা মুংঙাইবা কংদ্রবা অদু ওইরবদি ওঝা অদু অতোপ্পা থবক অমা তৌনবা য়াম্না থুনা হোৎনগদবনি। খুদক্কা ত্রকান ক্ষম্বা অতৈ থবক অমা তৌবা নত্রগা আফিসকী থবক তৌবা ওম্লবা পুক্লিং চিংশিনগদবনি। মরমদি মানা ওঝা অদুম ওইদুনা লৈরবদি "পোষ্টি খুদিংগী ঙানলিবা থাওমৈ মরক্তা অমুৎপা য়াওবগুবনি।" অজ্ঞদা ঐখোয়না মুংঙাইতবা অমদি য়েংবদম্তু ক্ষজদবা, অদুগুম্না থোক্কনি। অসিগুম্বা অসিদগী সমাজ মাংনবা মরু হুনললকপনি খনবদা খনমনবা ওইরোই।

ছত্র অমনা লাইব্রিক য়াম্না ক্ষরবা তাকত্রিবা মতাং অজ্ঞ ক্ষাওবদা মহাক্না লাইবিক কয়াদগী পাজ্ঞনা খংবা ওম্লবা অদুগুম্বা ছাত্রশিং অদুকাওবদা ওঝানা লমচৎ, শাজৎ তম্বীবদি শোইজ্রবনি।

মীওইবনা হেক পোকললকপগা অরা-অনং, মুংঙাই-য়াইক্ষবা পুম্নমক্না ঙাক শেন্দুনা লৈ। পুন্সি অসিনা পাক্লবা ঈপাকনি খনবদা লানলোই। মুমিৎ খুদিংকী তৌবা থবকশিং অজ্ঞনা পুন্সি অসি লাম্থোক্লবা হোৎনবনি খনবম্তু খনমনবা ওইরোই। অসিগুম্লবা পুন্সি ঈপাক্নি। অসিবু লাম্লবা হোৎনবদা রাথম্না নৌ ওই। শমললপ্পা লুখ্রাবী মচাগী রারিনি, রাখন পরেংতনা থল্লি। ঙাইহাক্কং তাখিসি।

লুখ্রাবী মমা মচা য়াম্না রানা পাল্লম্মী। চাক চানিংঙাই লৈত্রজ্ঞনা ক্ষংবা মুমিৎতা চারগা ক্ষংদবা মুমিত্তা চাদে। চাদবা

মুমিৎনা য়ামশিনলক্লনা মামা মচা অসি হায়কম থংদনা য়ারম্মী। নোংমা লৈবাক অহুগী নিংথৌনা অওম অথৌ কয়াদা লক্লবগুম লুখ্রাবী হায়দোকখি "হৌজিকি মতম অসিদা ঐগী মচাগী বারি কজরবা পুথ্রি মচা অসিদা অহিং অমা তিংহনা লৈবা ওম্ব। মীদা মাগী পুন্সিগী চানবগা, চাওরবা লৈবাক অসিগী তংথাই অমগা ইচানুপীগা মনা ওইনা পীগনি।" য়াকচিং থানি, উন খ্রং খ্রং লাওনা তাবা মতম্নি। ওমলোইদবা য়াকম্নি, অম্তম্ব: মথা তাদনা অম্মম লৈথোকখি। নিংথৌগী য়া মুৎপদি লৈথিজ্রে। মচি মরুম কয়াদা ওাংনরকলে। লুখ্রাবী মচা তাখ্রে।

লুখ্রাবী মচা অসিনা অচুম্বা পাওয়া থংনিংলহনা মীপুমতিংনা হংগুয়ে। অচুম্বনি হায়বসি তশেংনা থংলকলে। থম্মোইনুংদা য়াথন থম্বা হৌবকলে। কয়ে চাদহনা শিবম্ব শিবা ইংমন্দুনা শিথিবম্ব শিবা অহুগা শিহৌজ্রবদি অতৈ মনাদি কংজ্রবম্ব চানবা চিঙ্খাক্তি পুন্সিগী ওইনা ফংদোরি, লুপ্তুনহুম লাইবক য়েংলগে। ঐগী চেং লৈরম্মবদি ময়াইনা থোকপা অমা তৌহনা হিংজনি। অম্মম্না থন্দুনা লুখ্রাবী মচা ম্না কোয়ুং কারকলে। নিংথৌ, মন্ত্রি চোম্না তিনখা দয়বায়নি। লুখ্রাবী মচা চংলকলে। ওক্তা কি য়েৎলহনা নিংথৌদা দণ্ডবত তৌহনা থুক্লমজে। নিংথৌনা মথা তারকই—হাই হাই নিপামচা নংনা হায়নিংবা করিনো? হায়য়ু তারশিদনা। নিপা মচাহনা মরু লুকথরহনা অজ্ঞা ননাই ঐহাক পাও অমতং হংগৎচনিংহনা। হায়য়ুনে নিপা চিংনগম্ম।

নিপা মচাহনা মখা তারকই—অঙ্গা নোংমগী স্না য়াথংদা অহিং অমা চুপ্না ঈশিং তিংবা। "চুপ্নী ; চুপ্নী নিপামচা মহু অচুম্বনি।" ওয়বদি "ঐগী লৈবাক অসিগী তথ্যাই অমগা, ইচাম্নুপীগা, পুন্সিগী চাননবগা পিগদবনি।" অহুদি ননাই ঐহাক অমুক্তা লাইবক য়েংজগে। চাদহুনা শিবস্নু শিবা, ওয়গদি চানবদি পুন্সিগী পিবী- য়নিদনা। নত্তেনে নিপামচা শিয়বদি নয়নাইনি, ওয়বদি মনা অহুমমক পীগনিনে। "অহুদা অঙ্গা ননাইদি লূপ্তা মচানিদো —লৈবাক তথ্যাই অমস্নু ইতিক নৎচদে ; নচা ইবেম্মস্নু ইপা চাজদে অহুনা হঙ্গৎচবনি ইনিংথৌ।" লোইনা পিনি নিপামচা কৈদৌঙৈ লাইবক য়েংগে হায়বা চৎলো ওয়বা ঈশ্বর খুরুমজরুরে। নিপা মচানা তপ্না "অঙ্গা ননাই ঐহাক হয়েংমক লাইবক য়েংজরগে" অহুদি চৎচয়গে অস্নুয়া নিংথৌ খুরুমলগা থোকখে। অঙম্বশিংগা লোয়ননা নিংথৌনা তাময়কই "ওস্মোইদবা য়াফমনিদা।"

নোং ওয়ে। অঙম-অথৌ পুন্নমক ওসিদি ঈশিংদা তিঙ্গদবা মুমিৎনি হায়না স্না কোম্নুংদা ওয়া ওয়া কানরক্লে। লৈবাক্তা অরুবা বিচায় ওনলপ্না লোইশিন্নবা থৌয়াং তৌখে। মুমিদং য়াইয়ম য়ৌয়কপদা লুখ্রাবী মচা অহুবু ওাইহুনা লৈনয়কলে।

লুখ্রাবী মচানা মমাদা তাকখোক্লে। মমানা চৎখিবা খোঙ্গুন য়েংলগা ইফুন খয়া লৌজয়ে, ময়াইবক্তা নমজয়ে, মমাদা শাংনা, মুম্না, লোয়া য়েংজরম্মে স্না কোম্নুং মাইকৈ পাংলকলে। নিপা মচাসিনা হেক চংলকপদা ময়াম, য়া, য়া, লাওনৈ। মতমস্নু চপ চায়ে মুমিৎ চংখে। লুপকদবা মতম চপ চানা য়ৌয়ে। অঙম-অথৌ পুন্নমক নিংথৌগা লোইননা পুন্সি অহুদা

লাক্লে। নিপা মচাগী ঈশিংদা কুমথখে। ঙমদগুনা তুথখিবা য়াদনবা নিংথিন শম-শাবীরে। অঙম্বা খরদা শিন্নরম্মগা নিংথৌম্মু ময়ুমদা চংখে, অম্মশিংম্মু হন্নখরে। ঈংলবা ঈশিংহুদা নিপা মচাগী মঙক্তা ঈশিং মথক্তা থাঙ্গৎতুনা লৈহৌরে।

নিপামচা ইংশিনলকপা অদু খাংবা ঙমশিনলক্তে। কোয়না কোয়না য়েংতুনা উপাই থিবা হৌরক্লে। "রাখন্দনা শিন্দ্রগা মমা মচা পুন্সগী নুংঙাইবা অসিতনি।" নিপামচা রাখল মখা খন্থরকই, কোয়না কোয়না য়েংলকপদা অথাপ্পদা মৈঙান অমা উই। মদুদা রাখন পুন্নমক থমখরে। মৈ তিকপগী রাখন্দা ভাওদুনা মখোং, মখুৎ ফাক্তোকতুনা ঈশিংদা যোগী শান্নবা হৌরকলে। মৈঙান্না মুংখিদ্রিফাও নিপামচাগী রাখন খরা খরা ফংলম্মী। অদুদগী থোংজিনলক্রবা মহিংদদ মৈ অদুম্মু মুৎখরমালে উখিদ্রে। উখিদবগা লোইননা নিপামচাগী রাখল মাংখ্রে। অঈং অশা খংখদ্রে, পুংপং অদুম পংথখরে। নোং ভানলক্লে। মীয়ামম্মু লোইনা নি-থৌগা লোইননা লাক্লে। নুপামচাগী চিংখৎপিরুরে। নিপামচাগী শিবগুমলম্মে, অদুবু মিহুনতদি তৎলমদ্রি।

মৈ কম থাগৎপিদুনা লাইকন্নবা হৌরকলে। নুংশাম্মু কল্লপ শাগৎলক্লে। নিপামচা রাখন লাকলে। কোইনা কোইনা য়েংলক্লে। নিংথৌ উবদা থুরুমজরক্লে। নিংথৌনা হংলকই "নুপামচা নং করম্না ঈশিংদা অহিং অদু থাংজি?" নুপামচাদুনা তপ্না তপ্না থুমজরকই—অজ্ঞা ননাই ঐহাক ঈংমনখিবনা জ্ঞান তাশিনলকত্রবা মতম অদুদা কোয়না কোয়না য়েংজরুবদা অথাপ্পদা

লাইম্বগুম্বা মৈরী অমা উত্তখি। ঐনা মৈ অদু তীকলিবনি হায়না রাখল তৌজরগা খরা মথৈ খাংলম্মী অদুদগী মৈ মুৎখখরে, ঐস্মু অহুম ঈংমনখিবনা ভাপ তাখিদ্রে। হৌজিক্তা ননাইগী রাখল লাকচরে। অদুদি নিপামচা ঐনা নংবু ঈশিং তিংভু হায়বনি। মৈ তিকউ হায়খিদে। মুনা অমতা পীররোই নয়ুমদা থুনা হনখরো।

নিংথৌগী স্না য়াথং তাবদা নিপা মচা অদু তৌকম খংদে। নিংথৌবু খুরুমজরম্মগা তপ্প, তপ্প, তপ্প ময়ুম তান্না হনখরে। লম্বীদা খল্লি—"লাকচৈদা ইনিংথৌ, চানবতা পীবীয়ু হায়বনি অদুকাওবা য়াদ্রবা। নুংঙাইদা নং বিচার-পতিনিকো লৈবাক অসিগী," শাওবনা হায়কম খংদে অদুবু নিংথৌদা শাওরুবা য়াদবনিনা থম্মোইদা অহুম ওমচারুনা নিপামচাদু ময়ুম য়ৌখরে। অঙম, অথৌ, লৈবাক প্রজা পুম্নমকপু নিংথৌদা বিচার তৌবা ঙমদবনা "কজদেদা ইনিংথৌ" অস্নম্না লোম্না লোম্না শোন্নখি।

লুখ্রাবীমচা রাখল খন্ন খন্ন অস্নুম লৈরকপনা নুমিৎ ৪।৫ নিদি হৌখরে। নিংঙমদবনা থম্মোই রারকচবা ঙমদ্রে। ময়ুম থাদোকতুনা বিচারগী মপোক ওইরিবা মন্ত্রি মকোক অদুগী য়ুমদা লাক্লে। মন্ত্রিনঃ নিপা মচাদুবু মশক খংবীরম্মী, হায়রকই— "হায় হায় ঈশিং লুপখিবা নিপামচা নং করি পাম্মী ঐগীদা লাকপদি।" লুখ্রাবী মচানা খুমজরকই—নিংথৌ ঙম্বা অঙম্বা থরাই অসি য়াম্না নুংঙাইলক্কে; শিববু শান্নবগুম খনজিনলক্লে। বীচার অমুক্তদি তৌবীয়ুবা। মন্ত্রি মক্ক লুকথৈ রাখন খল্লি—"অদুদি

করে কম তারবস্থু তানা ঐ বিচার তৌরগে। নং ঐনা হায়বা খরদংদি য়াওকো। নং অমনা হায়রবনিনা উপাই খরদি লৈরগদ্রা খল্লি। নিংখৌমক্লিনা ঐস্থু মকম খংদনা লৈরমগবনি।"

লুখ্রাবা মচাবু মন্ত্রিনা চাক ঈশিং চাখোকহল্লে কৈথেন কাদুনা চফু অহনবা অমা লৈহনলুরে। মতুদা ঈশিং খবগা চেং খরগস্থু হাপহনলে। শিংজং পীতুনা রাপন্দগী চাওরবা, চুমবা অমা রা খন্দুনা য়ানহনলুরে। মনাই মশন কৌখোকতুনা লুখ্রাবীমচানা য়াল্লুবা রা অতু মের রাশুম শুমাংদা য়ুংনবা য়াথং পীখরে। অতুগা চফু মচাস্থু রাতোন অতুদা পৈয়ানা মনা পাল্লগা য়ান্দুনা থমগদবনিস্থু হায়রকলে। পুম্নমক অপনবা লৈতনা পাংখোকখরে। শীংগৈদগী শীং অখায়বা পুখোকলকলে। হায়রকই—নুপামচা নং রাখোং অতুদা রাই খিৎতং তৈংখোকচৌ অতুগা মৈ থাগৎলু। ঐনা মুৎথৎলো হায়ত্রিক্কাওবা নং মৈ হোৌগদবনি মুৎথৎপা য়ারোই। পুম্নমক অমতা কায়দনা লুখ্রাবী মচানা তৌরকলে।

মন্ত্রি মাঙ্গোন্দা কমতুনা লৈ। স্ন কোনুং কাগদবা মতমদস্থু অতুম কমতুনা লৈখোকখরে। নুমিৎ হুম্নি শুজিনলকলে। স্না কোনুংগী অঙম্বা মথং মথং লাকলে। মন্ত্রি য়াওত্রবদি তৌবা য়াদবনা ভকবা বীচারমখৈ পৈতুনা লৈরে। অমুক্তা কারক্কবা য়াদে হায়না ইনিংথৌনা হায়রকই অস্নুম্না অঙম্বশিংতুনা তম্নরে। মন্ত্রি থোইদোক্না থৌশাবা তৌদে। "চাক থোংভি লোইরগা খিৎতং চারগা কারকে অস্নুম্না হঙ্গৎলু" হায়তুনা মন্ত্রি লৈহৌই। নিংথৌদা অঙম্বাময়াম্না হঙ্গৎলুরে। ওহবু মন্ত্রিদি কারক্কে।

থংনবা নুমিৎস্থ অঙম্বা থারকতুনা মন্ত্রিবু কৌহল্লে। মত্তুদস্থ হান্নগুম অত্তুম খুমত্তুনা অঙম্বশিংত্থু থাদোকখি। ফাত্তুনা পুন্দুনা পুবা য়াদবনা নিংথৌ য়াথং ওইন্নবস্থ মন্ত্রিনা অত্তুম ঙমত্তুনা লৈহৌই। মথংগী নুমিৎতদি নিংথৌ শাওবে। মশামক চৎলগা মন্ত্রিবু চৈরাক পীগে খন্দুনা খোংলেংঙকখি। নিংথৌ লাকপগী হৌন লিচৎ কায়দনা মন্ত্রিনা অত্তুম পাংথোকই। নিংথৌ মন্ত্রগী য়ুমদা চংলক্লে— হংলকই "মন্ত্রি নং করিগী কারক্তিবনো?" মন্ত্রনা হান্নগুম ইহোং হোংদনা অজ্ঞা ননাই ঐহাক চাক চখোমমুক্তা চাজবগা। স্না থৌগন কাজবক্কে তৌরম্মী। চাক লোইদৌরে অজ্ঞা। রফম অসি তাবদা নিংথৌ শাওবনা মৈ হোৌখরে। "করম্বা চাকনো নংগীত্তুবু?" হায়না কল্লপ্পা হংলকই।

মন্ত্রি খুমদনা তুমিন্না লৈথোকপা ঙমদে। অজ্ঞ ঐগী শুমাংদা খোংলিবসি চাকনি। স্না মিৎয়েং অমুক্তা তার্বায়ু। নিংথৌনা মতৌ অত্তু উবদা ঙক্লত্তুনা "চাক অসি লোয়্বা হৌনরিব্রা? মন্ত্রি নংবু রাখন চোইবা হৌরকলব্রা?"

মন্ত্রিনা তপলপ্পা খুমজরকই—"অজ্ঞা ঐ ঙাওজদ্রে" নিংথৌ শাওবা হেনগৎলকই। "অত্তাদ মন্ত্রি কৈদৌৱৈ মুনগনি, মুন্দ্রবাদ দণ্ডি ফংগনিকো।" মন্ত্রি থম্মোইদা নোকচৈ অজ্ঞা মরায়না মুজ্ঞানি। মুন্দবা য়ারোই। থোংঙবা নিপা অসে নহানগী ঈশং তিংখবা নিপামচাত্তনি। অথাপ্পদা চাকপা মৈবু ঈশিং মনুংদা তিকপা ঙম্বা নিপানা থোংলিবা চাকপু মুন্দবা হৌব্রা? ঐগীসিদি নকপু নকমল্লি মৈ অসিনা অত্তুম তৌরগা মৈরি উগদবা মফমদা চফূ থম্নবস্থ মুনফম থোকইনা অজ্ঞা।

নিংথৌ মরু লুকথৈ। মন্ত্রিনা মঙোন্দা বীচার তৌরিবনি হায়রবা খংলকলে। ইকাইবনা মমাই হায়গৎপা ওমখিদ্রে। খঙ্মোইদা খল্লকই—"ঐ নিংথৌনি, নিপামচা অসিনা মথন্নাই য়োম্বোক্তুনা তৌখিবা পুন্নমক ঐনা হায়বদগীনি, মানা চানবতা পীয়ু হায়, ঐনা পিখিদে ইকাইদা নিংথৌ ঐদি। করে, অহুদি মানা লৌ য়াত্রবসু ঐগী ইথৌ—মঙোন্দা মনাশিংহু অমতা চথদনা পিবা অসিনি। য়াত্রগনা নিংথৌনা তৌবা ওঝা দত্তি অহু মঙোন্দা পিশ্নদবনি।" অমুন্না মন্ত্রিগী বীচারদা নিংথৌ জ্ঞান তারক্তুনা লুথ্রাবী মমা মচাগী অরাবা কোক্লবা লম্বী অমা কংখি।

অসিগুম্না মন্ত্রিনা লম্বী তাকপিবগা লোইননা, লুথ্রাবীমচাগী চোম্থরিবা হিগী হিমাইসু চুম্বীখি। ওঝ না ছাত্রশিংগী হিমাই অমসুং লম্বীগী মতাংদা মতেং পাংদবা য়াদবনি। নত্রবদি লুথ্রাবী মচানা ওমচারুনা, খনকম খংদনা অরাবা তাখিবা অহুগুম্না শোয়দনা থোক্তনি। তশেংনা হায়রবদা ওঝানা পুন্সি ঈপাক্তা হোম্থরিবা হিগী লমজিংবিবতা নগুনা পাঙ্গল, থৌনা পুন্নমকসু হাপ্পি। পাঙ্গল অসি ওঝানা মহৈ হৈরবা কয়াগী খঙ্মোইদগী থোকললকপা, অঙোবা চেগী মথক্তা মমি তাহুনা লৈরিবা শেংলবা ঈ অহুদগী লৌথোক্লবা হোৎনৈ। অহুগা লোইননা মথোয়গী পাঙ্গলসু হেনগৎনবা হোৎনৈ।

পুন্সি ঈপাক্লা অচৌবা ওইবনা লমখাংদা হিবোই ওইরিবা তাইবংপান অসিনা মতমগী খোংচৎ মতুংইন্না কল্লবা নোং নুংশিৎ কয়াসু থেংনৈ। অসিগা লোইননা মমলবা অহিংগী অমমবা

কোকহল্লবা ওইনা অকিবা কংলবা অখাক-অরাও, মনাক নকপা মক্ষমদা ব্রজগী মৈশা, খাংঙমদনা অকিবা কংলবা অসিগীসু মথক্তা মাংদা লাকপা চাওরবা ঈপোম, অহিংগী লাইরেম্বীনা মখা লাওনা কাথোক্লুনা য়োংকে মতাগুম অমুবা শক্তমতনা মাংদা চংলকপা অসিগীসু মথক্তা মরক মরক্তা লম্বী ঙাওবগী লাও খোংনবা অমদি লাকমিন্নবা মরুপ কয়ান। মক্ষম খুংদনা মাংখিবগী অরাবা, মুংনাংবা, অকিবা ; মরক অসিদা ঈশিংদা লৈবা চাওরবা শা-ঙাগী অকিবা কংলবা খোঙেল অমদি মখোইনা নকশিনলকপা অসিসু পুক্নি ঈপাকশিদা থোক্তবা নত্তে। পুম্নমকসে ওঝাগী লমজিং অমদি খোনা অদুগী মতুং ইন্দুনা ঈপাকসি লানবদা মাগী মতৌ তম্মিংবগী রাখন অদুতনা থোকলকদবা খুদোংখিবা কয়াদগী লানথোক্লবা হোংনরি। খুৎখৎ তোঙ্গনা খৎতুনা পনথুংকম খৌনবা হোংখিন্নরি। অসিগুম্বা পংনা কংবা ঙমদবা, তাংনা কংলবা ওঝা কয়া থেংনন্নবদি ঐখোয়না ওঝাদুবু মমল য়াম্নবা সনা, মণি, মুক্তা কয়ামক্তম কংজবদগী হেন্না হয়াওগদবনি। অসিগুম্বা ওঝা অসিদি মশানা য়াম্না হৈ-শিংলবা অমদি খংলবা অদুকাওবদা অহানবদা শেম শাহনা লৈগল্লি। অদুগীসু মথক্তা অমুকসু অনৌবা কয়ামক্তম হাপচিন্নবা হোংনৈ। মদুগীদমক্তা মহাক্না মতম কয়া চংনা রাখনগী ঈপাক্তা কোঙ্গনা তাওহনা শারে। মশা মতোমক্তনা খল্লবা রাখন অদুবু মচেৎ, মচেৎ খায়দোক্লুনা য়েংলগা, য়াওরিবদু করিনো খংবনা মখোয়গী চংদবা য়াজ্রবা খুৎলাইনি। লাম্বা হৈ-শিংলবা লাম্নীনা মী কয়াবু মাংহন্নবা খুৎলাই পাই, ওঝাশিংগীসু

"করম্না ছাত্রশিংদা খংহনগনি" হায়বা য়াখন অসিনা খুৎলাই ওইনা শিজিন্নৈ। অসিগা লোয়ননা নৌনা কংলকপা অানশিং অহুগা লোইননা ছাত্রশিংদা তম্মী। মতম অসিদা ছাত্রশিংনা মহৈবু মপানথোংদা উদবা, মমল য়াম্নবা হিয়া থেংনবগুম অমুক্তা হেন্না পাম্বগী মওং উৎলগা লৌশিন্দুনা অমুক থাম্নয়োইদবা, পুন্সিগী চংদবা য়াক্রবা মমল য়াম্নবা খুৎলাইগুম চেৎনা থমনৈ। খুৎলাইশুগী মপান্না মাগী মশক তাক্লবা হোৎনয়কই।

পুকচেন চাওবা, লৌশিং শিংবা মীশিংদি অহুগুম্বা পুকচেন শেংবা মীওই থেংনবদা মশাগী অয়াবা, অবাম্বা, খৌয়াংবা পুম্নমক কোক্তুনা চাবা-থকপা ফাওবা কাওথুনা য়াখন্থনা পুন্সিগী ঙাকলৌ শেমজবা ঙম্মি। অসিগুম্নবা য়াখনসি মথৌ খংলবা ওঝাশিংগী থশ্মোয়দা চেনগনি।

---

# ওঝা

## [৩]

ছাত্রগী মরু ওইবা মথৌদি তম্বনি। ক্লাসতা ওঝানা তাকইবা অহু ভাব তানা, নিংথিনা তাবনা মথোয়গী পুন্সিগী শেমগৎ-লকপগী মওংদা অনৌবা মরু হুনলকপগুম্বনি। ওঝানা তাকইবা অহুদি লমজিংবনি। লমজিং য়াওত্রবা কনাগুম্বা লমকোয়বনা লম্বী ঙাওবগী কংবা মৈশা অহু লায়না ছাত্রশিংগী মকমদা কোকহনবা

মহাক অমু ওঝানি। অমুনা ওঝাগা ছাত্রগগী মরি অসি য়েংদবা য়াদে। ওঝাগী নিংখিবা, লমজিং কজবমু উবদা কনাগী ছাত্রনা লম্বী অমুদা চৎনিংদবা য়াওগনি। লমজিং-লিবা ওঝামুনা য়ামজ্রবদা লম্বী অমুদা লৈরম্বা খুদোংথিবা থোকদবা পুম্নমক ছাত্রশিংদা লোইনা অহানবদা খংহনপ্রবনি। অমুগা মায়োক্নবা ওম্নবা ছাত্রশিংদা অরাইবা থবক্কা শাম্ন শান্ননা পাংথোকপা য়াগদবা অমুগুম্বা মমল য়াম্নবা জ্ঞান অমু পিগনি।

ওঝাগা ছাত্রাগা লৈনবা মরী

শান্নবা হায়বা অসি অঙাংশিংদদি চংদবা য়াদবা থবক্নি। অঙ্কলদা লৈবা কৈ মচা অমদি মীওইবগী য়ুমদা য়োক্নুনা থম্মিবা হৌদোং মচা কয়ানা শরাক তৌমুনা শাননৈ। মসিদা মমা-মপা ওইরিবা শা-শিংমুনা য়াম্না মথরাই য়াওনা তম্বী। অসিগুম্নবা শাশিং অসিনা শান্নরিবসি অরেম্বদা মাংবা নত্তে। মখোইগী মপুং মরেপ কারকলবা কাওবদা অঙাং ওইরিঙৈদা শাম্নখিবা শরাক অমু শিজিন্নমুনা কৈনা মখোং য়াংলবা শজিবু কাবা ঙম্মি। হৌদোংনা উচি কয়াবু কাই। অপাইবা 'উচেক কয়াম্ন' ফাবা ঙম্মি। কারিবশিংমু মখোইনা চামুনা মপুন্সি অমু হিংম্নবা লম্বী শেম্মী। "অঙাং ওইরিঙৈদা শাম্নখিবা অমুনা পুন্সিগী অচৌবা থবক ওইহনলি।" অমুনা ঐখোই মীওইবগী পিক্লিবা অঙাং কয়াবু মমল য়াম্নবা শান্নবসিনা, চংজ্রবা য়াদবা তম্বা হায়বসিদা মতেং য়াম্না পাংই। অমুনা অনিসি লোইমুনা চৎথবদা অকাইবা থোক্লোই।

ঐখোই মীওইবদস্ু য়েংসি, ফুটবল শান্নবদা মথন্নাই য়াম্না য়াওবা অমা অহানবদদি মহাক্না শান্নমা অত্তুতদা মথন্নাই য়াওবা উগনি। মমৈথংদদি মহাক্কী খুংকাও, খুংচেন অত্তুদা অয়েংবা কয়ানা পেন্নরক্কনি। পেন্নরকপা অসিগা লোইননা মীনা খাগং-নরক্কনি। অসিগা লোইননা মহাক বোল শান্নবদা অকাওবা হায়নবত্তু ওইরক্কনি। অত্তুদগীদি মহাক্না শান্নবদা ময়ামগী মমাংদা অমুকস্ু হেন্না কল্লনবা হোৎনরক্কনি। মতম অত্তুদা মহাক্কী শান্নবত্তু মথৌ ওইরকল্লে খংগনি। মরমদি মহাক ময়াম্না নিংশিংনবগী অচৌবা খুদম অমা থনমলে। অস্নুম্না শান্নবা থৌদংগী কান্নবা লৈরিবনি। থাইনগী নিংথৌরেন কয়াগী রারী মতুংইন্না অঙাংশিংনা লান তৌরিবনি হায়রক্তুনা শান্নবা অসিস্ু তুংদা মরৈবাকপু সুংশিরকপা পোকহনলি। অসিগুম্নবা জ্ঞান অসি কংলব ছত্রনা চংলকইবা অদ্নীত্তুদা অরাবা খুদোংথিবা পুম্নমক্কগী লাইনা লাপ্থোকপা ওমগনি। মরমদি মখোইনা অনৌ, অনৌব: মশান্নস্ু য়াম্না পান্নবা পোৎ কয়ামরুম কংদবা য়াদবনি। থন্দুনা য়েংসি, সুংশাস্ু য়াম্না শাবা মতম্ ওইসনু কনাগুম্বা সুপা অমনা মহাক্কী থবক অমা চৎথরকপদা মথং মথং মাই পাক্রবা অত্তুগা লোইননা পাংথোকপা ওমদবা থুরক কয়াস্ু পাংথোকল্লাকল্লবা অত্তু ওইরবদি সুংশাগী মৈশাত্তুনা মশাদা থোইনা হেন্না বাহনবা ওল্লোই। মশাদা তুন-থরকপগী মহুত্তা মথং মথং মথং থন্নাই হকচাং য়াওনা হোৎনরকপা তাবনি।

ইচম চন্না মিৎয়েংদা ছাত্র অমনা কন্নিগুম্না অক্ক থুরা

থোংলকপদা অঙ্ক অহ্ন অমা কাওবা তাবা ঙমজ্রবা অহ্ন ওইরবদি মশাম্থ তনথরকপা শোইদবনি। মসিগা লোইননা মশাদা চোকথবা, কম্বগী অরাবা নত্রগা লম্বীদা উরুবা নিংথিবী কম্নাম্ভুগী মরমদা রাখন থন্দুনা লৈথোকপা শোইদবনি।

মমিং থংনরবা স্কুল অমগী অকবা ওঝা অমনা ছাত্রশিংবু তম্বীবদা মশাগী ওইজবা থাদোকপগা লোইননা মরি মতা নক্লবগী মিৎয়েং অহ্ন থমগনি। অসিগা লোইননা ছাত্রশিংবু য়াম্না মুংশীবা ঙম্নবা হোৎনগনি। অহ্নগা মহাক্কী "ইজৎসু ঙাকপগা লোইননা ইচম চম্না উৎপা, মপুং ফানা পুকচেন শেংবা" অমা ওইদবা য়াদে। অরাংবা থাক্কীদি— "No teacher who is not a master of the field who is not touch with the latest development in his subject and who does not bring to bear upon his duties a free and untrammelled mind, will ever succeed in inspring youth with that love of truth which is the principal object of all higher education." অম্বুম্না হায়রা তশেংনা অহৈবা অমা হায়রবসি মশাগী মীওই, মতৌ অহ্নদগীসু থরমথৈদি থংবা ঙম্মি।

*Univarsity education Commission.*

থাংবা কনবা হায়রবসি মীওইবগী চংদবা য়াদবা অমনি। কম্নিগুম্বা থুবক অমা পাংথোক্লবা হোৎনবদা মতম থরদি থবক

অদুগী মনা অদুগীদমক্তা খাংদবা য়াদবনি। ছাত্র অমনা মহৈ হেক তম্বা হৌরকপদগী মহৈদুগী মনা অদু পামজবস্থু ফংবদি ফংলোই। অদুবু ফংলকখিগনি হায়বগী মুংঙাইবা য়াথম্না খাংবা কনবা হায়বসি শিজিন্নদুনা অহিং মুংবিন নাইদনা হোৎরগা মমৈথ দা মদুগী মনাস্থু লাক্কদবনি। খাংবা কনবা হায়বসি য়াওজ্রবদি থবক অমত্তা নিংথিনা পাংথোকপা ঙম্লোই। ত্রৈখোইগী পাও-য়োদ। "খাংবা কল্লগা কমেন কন্সি, শাইবা কল্লগা ওইনন্সি" হায়বসি অচুম্বত্তা করুনা ঈশ্বরনা হাইরম্বমক্নি খনবা য়াই। অদুনা খাংবা কনবনা খোপকী শরুক কয়ামুক্তা মরক মরক্তা য়েৎনরকই। খাংবা কনবনা খোপ্তা মতেং কয়াস্থু পাংই। অদুগা লোইননা মীওইবনা থবকী মনা ফংই।

সমাজ অমা শেমগৎপা হায়বসি সমাজদুদা লৈরিবা মীওই-শিং অদুগী লমচৎকী মথা পোনবনি। মীওইবনা চৎলিবা লমচৎ হায়বসি সমাজদুগী শাজৎনি। পিক্লিবা অঙাংদগী হৌনা তম্লিবা মীওইশিং অদু কাওবদি ওঝানা লমচৎ-শাজৎকী থুর্জি পাইরিবনি। অদুনা সমাজগী অফ-ফত্ত পুম্নমকসি ওঝাদগী থোকপা তাবনি। ওঝানা মসি পুম্নমক মুম্না খম্বরগা অসিগুম্বা মতাং অসিগী শরুক য়াগদবনি। মহৈ তম্বগী থবক অসি মীওইবনা ওঝাদগীতা ফংলব্রা? মসি নত্তবা অতোপ্পা অমনা মমা-মপা ওই-রিবা অদুদগী পিক্লিবা অঙাংশিংনা মহৈ ফংবা হায়বসি মশানা তাবনি। ইমুংগী মীওইশিংদগীস্থু ফংদবা নত্তে। অসিস্থু মমা-মপা ওইবদগী ফংলকপা অদুগা থোইনা খেৎনবা লৈতে।

অকোইবদা লৈরিবা য়ুমল্লোন্নবা কয়াদগীসু কল্লিগুম্বা জ্ঞান ফংবা হায়বসিসু মশানা তাবনি। য়ুমলোন্নবা মরুপ মপাং কয়াদগী ফংলকপা অনৌবা জ্ঞান্ অদুদি তশেংনা মশাগী জ্ঞানগা শিন্নখিবা, নত্রবদি মহাক অদুনা মরুপ অদুদা অনৌবা জ্ঞান অদুগী ওঝা তাব্রবনি। মমা-মপা ওইবশিংনা পিবা জ্ঞানদি মরু ওইনা পুন্সিগী দমক্তনি। অসি নত্তবা জ্ঞানদি মমা-মপাদগী অত্তাংশিংনা ফংলুবা ওমদে। অদুনা য়ুম্না মীওইবগী অহানবা তম্ফমশংনি। কনাগুম্বা মীহাৎপা, হুরান্নবা, পোৎলা কপা কয়াসু মপুন্সি অদু অদুম ইচম চম্না হায়রিবা থবকশিংদুতনা অদুম লেনখিবা য়াই। ওঝাগী অনৌবা রাখন্দগী থোকলকপা জ্ঞান অদু ফংজরবা মীওইশিং অদুদি মহাক্না কদাইদা কররম্না মাংখিব', মপুন্সিদু কদোমদা লোইখিবা অসিনচিংবা অসিগী অরেপ্পা মফম লৈতে। / কনাগুম্বনা লাইরিক অম' ইরবা, অদু ওইরবদি লাইরিক অদুদা মাতগী ঈনা মনুংদা থম্না চেল্লি। অদুদি অকাওবা লাই-রিক ইবা মুপা অমা শিগ্রে। মহাক্কী ঈদি লাইরিক অদুদা অতৎপা লৈতনা চেল্লি। ঈনা ঈশিং ওনলগা তাইবংপানবনা শিন্নরিবনি। অদুবু মহাক্কীদি হৌজিক্তা কোং, কোং শানা লাইরিক্কি মনুংদা চেল্লি। অসিগুম্বা মুপা অসিদি তশেংনা শীব কৌবা য়াগদ্রা? মীওইশিং অসি অরুবা ওঝাগী মত্তেংতনা ওইখিবনি। অদুবু মাগী ঈ শিংদুদি য়ুমথোং খুদিংগী চাইথোক্কুনা অনৌবা নহারোন কয়াদা মমল য়াম্নবা মশাগী ঈ অদু থাইরি। অদুদি মহাক "শিবা নাইদনা, ওমরগুম্বা" অমা ওইরে থনবদা অচুম্বা

ওইগনি। অদুগা শীংগী মহুৎতা মমল নাইত্রবা ঈবু দান তৌবিদুনা সংসারবু শেমগৎপদা অচৌবা মথৌ ওইরিবা মী অদু মহাক্কনা ওইবা তাই। অসিগুম্বা মীওইশিং অসিদি শীবা নাইদনা মীপুং খুদিংগা ঈনৌ নৌনা য়ারি শামিন্নদুনা লৈবাক ওঝাগী মগুন্দগী থোকলকপনি। অদুনা ওঝা ওইবশিংনা ছাত্র-শিংদা করিগুম্বদসু শাওরোইদবনি। করিগুম্বা শাওরকলবদি মশা মশানা য়াথন তৌরগা মহাক্কী থবক অদু থাদোকপা কৈ। মরমদি ছাত্রশিংনা ওঝা অদুদা শাওনবা তৌরকইবদুনদি ওঝাগীসু অকাইবা লৈরমলোই খনবদা অরানবা ওইগনি। অকাইবা লৈতবা মীদা কনাগুম্বা মহৈ মশিং হৈতবা অদুগুম্বনফাওবা শাওবা ঙমদে। অতৈ থবক্কী মহৈ তম্বদি লোইবা নাই অদুগা ওঝাগী মহৈ তম্বদি লোইবা নাইদনা অদুম লৈরবনি।

কনাগুম্বা অমনা থবক তৌখিবগা লোইননা মানা পাই-রিবা অইবা প্রমান পত্র অদুনা মপুান্সদু লেনখিবা য়াই। অদুবু ওঝাগীদি লোইবা নাইদে। মতিক চারবা ওঝাদা ছত্রশিংনসু ইকাই খুম্নবা উৎকদবনি। ছাত্রদ নত্তনা সমাজ অদুগী মীথোই মীহেনলবা কয়ানসু ওঝাবু সনমান তৌগদবনি। ছাত্রশিংনা মথক্কী অহনবু মশক খংগদবনি। লমচৎনা তম্বগী মতাংদা অরুবা মথৌ পাংথোকই অদুনা লমচৎ-শাজৎ ফজনবা ছাত্রশিংনা হোৎ-নগদবনি। "পেবেতকী য়ারিদা—মতিক মগুণ ঙাওরবা শ্রীকৃষ্ণগী শেবা ফংজরবা গরুরনা উচেক্কী পিবা পেবেতকী মরা ইন্দ্রবদগী কৃষ্ণনা ইথোকখি।" শমলপ্পা য়ারিদি—মমাংঙৈদা পেবেত

মৈতৈ-মনাও খক পাল্লম্মী। উশাদা অতুম অহিংস্নু লেনলম্মী। মহুৎ শাবগী ৱাক্কমশি লাবক্তুনা শুকখন খনখিদে। মতমগী খোংচৎ মতংইন্না পেবেত নুপী কুম-মথা ওইশিনলকলে। মরুম কোক-নিংলকলে। মহুম পামলকলে। মশা লুমশিনলক্লে। তপলপ্না মপুরোইবদা হায়জরকই, "ইবুংঙো গর্ভগী অরাবা থাংবা ওমশিন-লক্কে। ইহুম শাবিরো, ইরুম কোকচরগে।" বাকমশি তাবদা "অহুদী চান্নবী অরাপ্পদা ইকোন অমা লৈ অত্থু তান্না পাইরসি।" অস্তুম্না পেবেত লাব-অমোম অনিমক মশা শাখপ তোইখা হৌরক্লে। খরা পাইমিন্নরে। পাইনা পাইনা পেবেত অমোম্না মিৎতা পী ইরা চেন্দুনা মশাবী ঘেংহুনা পাওদমজরকলে। ইশাবি নংবু তাব্রা? গর্ভগী মৈচাক থাংওমদরে, ওম্মোইদৌরবাল্লেনে অরাপ্পা। যুম্নদো উপাই অমতা থিবীযু। হুজিকমক কোকচরগে। মশাবীগী ৱা তাবদা পেবেত লাব ৱাখন খনবা খনবা হৌরকলে। যারলোইদবা মতাং ওইখিবনা শামু খোঙ্গুল অমদা কোকলসি হায়রকলে।

**পেবেত মৈতৈ-মনাওগী ৱারী**

উনা-ৱানা, অমোনবা কয়া চেনশিঙ্গরে। থাংবা ওমশিনলক্কুবা পেবেত অমোম শামু খোঙ্গুল অহুদা মরুম থুজরে। নুমিৎ হুম্নিরোম হৌখ্রে। মচা ওল্লকলনি ৱাখল্লা পেবেত মৈতৈ-মনাও হরাওজরে। খংহৌদবা মিকুপ্তা শামু শঙ্গু লাকপা উরে। পেবেতনা মরুম কোক্লিবা অহুমক লমজিংলিবা শামু অহুগী খোঙ্গুমক্তনি। শামুদি খোংকম পংহোং হোংদে। হায় থাংখিবা খোঙ্গুল ইকাই

কাইগন্দে। পেবেত থম্মোই নিরূপা হৌরকলে। ওস্তোকপনি পেবেত মকম নেখাইগ্রে। মপিদি উচিন নাচিন্না পাইথোকহৌই।

মচা কাইনবগী মৈচাক্লা ভাওরবী পেবেত অমোম মপুরোই-বদদি তাইনবা ভমজ্রষ্ঠনা শামুক্ত হাৎপিযু নজ্রবদি ঐস্থু শীরনি অস্থুম্না মপুরোইবদা তেংথাবা হৌরকলে। মচা কাইনবগী মৈচাক্লা ভাওষ্ঠনা তৌরিবনি, শামুগী দোষ লৈতে, ঐগী দোষনি, যুম-শাদবদগী থোকখিবনি অস্থুম্না খল্লগা পেবেত লাবা মচা কাই-নবগী মৈশ লাংলি। অস্তুবু অমোমদো তশেংনা শামু হাৎপি-জ্রবদি শিরনি হায়জিনল্লক্লে। লাবস্থু মশানৌ শীখিগদগী শকপু শামু হাৎলগে খনগ্রে। হায়রকই "ইশানৌ নংবু তপথখো, স্থংশি ননিং থুংনবা, লাবা থোদাং য়েংভোনে।"

পেবেত মতৈ মনাও শামু থিবা কোইপাই পাইরকপদা লম্বীদা হম্বিং-খোংয়াম্বী খেংনরে। মরূপ উন্নবগী মুংভাইবা কোং-দোকনৈ, রারি-রাতাই কয়া অমস্থু শামিন্নরে। মমৈথংদা পেবেত লাখনা হায়রকই "ইতাও হম্বিং খোংয়াম্বী ঐ শামু হাৎকে রাশকগ্রে, নংনা ইতেং পাংজ্রবদি রাশক কাইবা তারেদো।" হম্বিং খোংখাম্বীনা মথা তারকই ফত্তা থবকতি, থবক্লি ; অস্তুবু ইতাও, তৌদবদি য়াদেনা ; রাশকপদি কাইকদে।" অস্থুম্না ভাংনরে, শামু মনাক তান্না পাইরকলে। শামু থেংনরে। হম্বিং-খোংয়াখীনা হায়-বকই "ইতা'ও, ইচন নবান্নি শামুগী মশাদা ঈ মরিক খিৎতং থোক্লবা হোৎনরো, মথাদি ইথৌ ওইরগে; মস্থু নস্তুনদি উপাই লৈতেনে।" পেবেত লাবা অমোম অনিমক শামু তম্না পাইশিনলক্লে, থোরবা

পিক্লবা মচিম্না শামুদা হম্না হম্না চিকলকলে। শামুদি খংদে, অনাবস্থ কাওদে। অদুবু চিকমনলবহুদদি ঈ থোকপা হৌরকলে। পেবেত মতৈ-মনাও পাইথোকলকলে। হয়িং-খোংয়াম্বীনা অমুক চংঙ্গে। পেবেত মক্ম অম্ন থাদোক্কুনা হয়িং খোংয়াম্বীদা শিম্ন-রমলগা থাপ্না পাইঙ্গে।

হয়িং-খোংয়াম্বীনা মিকুপ, পুংজা খুদিংগী হলচাক থাবা হৌরকলে। অমুক থাখিবফাওবা হিদাক তৌদ্রবদি কত্তিবনি। অদুদা পুংজা খুদিংগী থাজিনলকপহুনা শামুহু থা কাদনা তিম্না চাশিনলকপদগী শিঙ্গে। পাও পুম্নমক পেবেতা খংহনঙ্গে। পেবেত অমোম হরাওজরে।

পেবেত লাবা রাখন তৌরকলে। পাপ লংজরুবা কোক্লবা লাইনিংবা পামলকলে। থিম্বদনা সমুদ্র মপান তাম্না অনিমক পাইরকলে। মক্ম অদুদা লাই কম্না নিংবা হৌরকলে। মতম অদুমক্কদা শেম্বাং মখৈনা খম্নরম্মী। "ঐখোয়গী শাগৈশি ইচাও চাওখল্রে। চাওখৎপস্থ য়াররোই। শদুদ্রগী ইথক্লা ইরুমস্থ, ইচাস্থ হেক হেক পুথখিবা অসিদা ঐখোইগী তৌকম লৈত্রে। অদুদি কনাগা তাম্নগনি অস্নুম্না উপাই থিবা হৌনরকলে।" কনাদা তাম্নগনি? অস্নুম্না খম্নরকপদা পেবেত মতৈ-মনাও লাইনিংলি হায়বসি খংনরকলে। শেম্বাংশিংদু পেবেতকী লাইনিংকম তম্না পাইনরকলে। পেবেত উবদা হায়জরকই—"পিবা ঐখোইগী শাগৈ, জাৎ অসি ইচাও চাওখৎত্রে। সমুদ্রগী ঈথক্লা ইচা, ইরুম হেক

হেক পুখখিবশিদা স্নান অমা তাত্রে। করম্না তৌরগা ঐখোইগী শাগৈ অসি চাওখৎকদগে ?"

পেবেত রাখন তৌই। হায়রকই "অহুদি নখোই খরা বীঙ্ক চীংজাও তাম্না পাইরো। গন্নর লৈরমগনি, মঙোন্দা হায়রু উচেক পিবানা অমুক্তা লাক্কবা য়াদে।" পাও অসি পুহনা শেম্বাং খরনা বীঙ্ক চীংজাওগী নাপোমদা লৈরিবা গন্নরবু উন্নরগে হায়দুনা শাখপ তোইনা খপ্না হৌরকলে। লম্বীদা অরা অনা কম্না থেংনরবশু রাই হায়দনা গন্নরগা উন্নখ্রে। পিবানা হায়রকপা পুম্নমক গন্নরদা অমতা চিখদনা তমখ্রে।

রাকম অসি তাবদা গন্নরনা নোক্লহুনা হায়রকই "ঐদি ঐগী ইবুংঙোগী সেবা তৌবা নত্তনা করি অমতা তৌরবনি। নখোয়গী পিবা মুংবা অমতা খংদে হায়না তমলুচো চৎলু" রাকম অসি পুহনা শেম্বাংশিংহু পাইরকলে। "পিবাদা অমতা চিখদনা তম্নরে।" পিবা শাওরে, মমিৎ, ঈ কারে। অহুদি শেম্বাংশা নখোই লৈরমখো ঐ উপাই খিরুখিগে অস্তুম্না মশানৌকাওবা থনম্মগা পেবেত লাবা শ্রীকৃষ্ণগী মনাক্তা পাইরকলে। শ্রীকৃষ্ণদা পাওদমজ্জরকই "ইবুঙো ননাইগী কম লৌথোকপিরো, পিবা ওইবা ঙমজ্জরয়োই, অচৌবা উচেক কয়াদা পিবাগী কম ঙাপ্পিরো, ঐদি পিক্কা পিক থবক্লা হৈতা য়াম্না বারে প্রভু।" পাও অসি তাবদা শ্রীকৃষ্ণনা পেবেত মথরাই মুংঙাইত্রে খন্দুনা "পেবেত নং নত্তনা হাপনিংঙাই উচেক লৈতে

অহুনা খল্লগা নং মতিক চাই হায়না হান্নি। কম্নি নঙ্গিং থুংদবা লৈরে? শেংনা তম্মু।"

পেবেত খম্মোই শোক্না গন্নগনা হায়রকপশিংহু মবুংঙোদা তমজখি। শ্রীকৃষ্ণনা অহুদি পেবেত ঐ গন্নর থারকে, বাঙ্গঙ্গু নং পোথাক্নরো, অম্মুক্ত পেবেত খাদোকলক্লে। পেবেত মন্নাম তিল্লিবা মকম অহুদা চংলকুনা গন্নর ভাইহুনা পোত্থাখ্রে।

গন্নর মবুংঙো থুক্নঙ্গা মতম ওইরহুনা লাকচবদা শ্রীকৃষ্ণনা উরে। মতাং অসিমতমদা গন্নরবু রারকলগে খন্দুনা শ্রীকৃষ্ণনা লাওরকই "হায় হায় গন্নর নং চংলকনু, নং ঐনা ইম্থোকলবনি। নংদি মাংলে। উচেকী পিবা পেবেতনা হায়বা ইন্দে হায়রহুনা ইম্থোকখ্রবনি।"

রাকম অসি তাবদা গন্নর-হায়রকম লৈতনা রাজখ্রে। মবুংঙোনা ইম্থোকলকপা অহুদা হৃক্তরকই "অহুদি ইবুংঙো কমঙ্গা উপাই তৌরগা ইবুংঙোগী শেবা ফংবা য়াগদগে।" মহু তাবদা শ্রীকৃষ্ণনা মখা তারকই "নখোইগী পিবানা লোথংলবদি ঐনসু লোথংলে, মানা লোথংত্রবদি ঐনা নংবু লোথংপা ঙমদে।"

গন্নর খিম্বুবা তৌদনা পিবাগী-মনাক ভান্না পাইরকলে। পিবাদা হৌখিবা মরান পুম্নমক কোকপিনবা হায়জরকলে। মহু উবদা পেবেত পিবানা হায়রকই "গন্নর নংদি সিদ্ধী পুবনি শমুদ্র অসি নশা নামনা পন-খিংলপা নশা নামনা শিংলু ঐনা তোকউ হায়ত্রিকাও নং শিংকদবনি। অহু নত্রবদি ঐ নংবু লোথংপা ঙম্নোই।"

গরুরগ মখোৌ পাংথোক্লবা সমুদ্র শিংপা হোৌরে। সিদ্ধীপুবা উচেক্কি সমুদ্র কংশিনলক্লে। ঈশিংগী জীবা শীবা হোৌজিনলক্লে। অচৌ অচৌবা জীবনা কয়ম তৌনি থম্মবা হোৌরকলে। সমুদ্র নিংথৌগী মনাক তাম্না লাকলে হায়জরকই "ইবুংঙো প্রলয় হোৌরে। জীবশিং অসিগী থরাই অমুক্তা কনবিয়ু, গরুরনা ঈশিংপা হোৌরকলে।" সমুদ্র নিংথৌ নিংঙাইদনা লৈথোকপা ওমদে, অদুদি ঐ গরুর উরনবা য়াদে হায়দুনা গরুরগী মনাক তাম্না লাকলে। হায়রকই "উচেক, গরুর করিগীনো নংনা শিংলিবসে ? লোয়না মাংব তারে।"

য়াকম অদু তাবদা গরুরনা খুমলকই "ঐদি শিংলগদবনি, করিগীনো থংদে। উচেক্কী পিবানা হায়রকপদগী শিংপনি, মানা তোকলো হায়ত্রিকাওবা শিংকদবনি।"

সমুদ্র নিংথৌ রায়ে গরুরগা লান থেংনবনু ওইথোক্কে। মাদি সিদ্ধী পুবনি, অসিগীসু মথক্তা শ্রীকৃষ্ণগী চাম্নরবা মনাইনি, নিংথৌ থিম্মুদনা উচেক পিবাগী মনাক তাম্না লাকলে। উচেক পিবা কুম্মৈ য়েংদুনা পিশক পিক্লা লৈরম্মী। সমুদ্র নিংথৌনা উচেক পিবাদা হংলকই "করিগী সমুদ্র শিংলিবনো ?" পিবানা খুমলকই "সমুদ্র নিংথৌ শেম্বাংশিংনা লৈগদবা মকমসি সমুদ্র মপানশিং অসিদা নত্রা ? মখোই অ.সি শাগৈ চাওথংপা ওমদে, হায়দুনা গরুরনা সমুদ্র শিংহনবনি। ঐনা তোকউ হায়ত্রি-কাওবা শিংকদবনি। ওয়গা মাগা লাম্বেংনরু।" সমুদ্র নিংথৌ

রাখন ভোরগা হায়রকই "পিবানা পান্নিবা করিনো ? সমুদ্র নিংথো ঐনা ওঝা ওইরবদি পীনবা হোৎনরগে।"

রাকম অসি তাবদা পিবানা মখা তারকই— "নিংথো নংগী জ্বার কারকপনা শেম্বাং মচা, মরুম লোইনা মাংহনলে মহুদা সুংঙাইব্রহুনা ঐনা সমুদ্র শিৎনবা খুজিন তৌবনি।" সমুদ্র নিংথৌ রাখন মমলে, হায়রকই "ঐ সমুদ্রগী জ্বার কাবা থিংলগে, জীবশিং অসি শীজিনলকপনা অরাবা ওইদৌরে গরুরবু থাম্বীরো।" পিবানা নোককেৎ ভৌরহুনা হায়রকই "জ্বার কাবদি সমুদ্রগী তৌগদবা মথৌনি করম্না থিংগনি, থিংঙু্নু অহুগী মহুৎতা জ্বার কারকপনা শেম্বাংশিংদা করি অমতা অকাই-অতোই থোকহন্দবা অসিতনি ঐনা পাম্বা।" সমুদ্র নিংথৌ রাকম অসিদা য়ারে। য়াম্নরবা মতুংদা গরুর কৌখৎলে। লৌখৎপিরে। কৃষ্ণগী সেবা কংজখ্রে। মতুংদা সমুদ্রগী জ্বারনা শেম্বাংদা করি অমতা অশোক-অপন পিখিদ্রে। শেম্বাং সুংঙাই য়াইবি মরাং কাইনা পানলে। পেবেত মতৈ মনাওম্ন ইংনা লাই নিংখ্রে।

রারি অসিনা হায়বা ইনবগী খুদম অমা উৎলি। হায়বা ইম্নরবা, লমচৎ. ব্যাভার কাইনরবা অহু ওইরবদি ঙমদবা থবক অমা কাওবা লৈতে। পাঙ্গল অসিনা মীওইব সমাজনা ইন্দ্র-রাজগী নন্দন কাননদগী হেম্না সুংঙাইরকনি খনবদা অরানবা ওইরোই।

চাওখৎলরুবা থৌদাং করাদা ওঝানা মথৌ ওইবনা ওঝাগী মথৌদি লোইবা নাইদনা অম্নম হেনগৎলকদবনি। মরমদি—

True education is not something that can be completed once and for all in the case of any given individual, completion being marked by the attainment of a degree, a certificate or a job. Teachers education never ends. Knowledge of where and how to obtain more knowledge is therefore an important part of the equipment of good teachers.

*The commission on teachers education of the American council of education.*

অস্পম্না হায়রি। মখোী মশক খংলবা ওঝাদি মশানা হোন্দোকলকপা মুংশা খর অদু ফাওবা সমাজগী লৈতেং ওইরিবা পোক্সী কয়াদফাওবা চিঞ্জাক ওইনা পী। অসিদম্মু নত্তনা শেমগৎ-শাগৎপা মীওই কয়াদনা হাকচিক লাংবগী মুংঙাইবা পী, খনবদা লানলোই।

---

# ওঝা
# [৪]

ছাত্র ওইরিবা কয়াগী রাখন্দি, মুংঙাইনা শেমগৎ-শাগৎপগী রাখন্দনা লমজিং ওই। মরম অসিনা পুন্সিগী খাইদগী মুংঙাইবা

মন্তাংনি। ছাত্রশিংগী অহানবা মতাং হায়বদি প্রাইমারিগী মতাংদি রাখন কয়া চংদে। মতৌ তম্নীংবা, শারবা অসিতনা-মক্ক ওইবা থবক্নি। লাইরিক পাবস্ত কনাগুম্বা অমগী ইনশিনবা, হায়জিনবা য়াওত্রবদি মশানা থক থংদে। মীনা থাগৎলগা হুয়াওবা মন্তাংনি ফুবা চৈবদা করিগী ফুরিবনো হায়বগীদমক্তা-রাখন থনবা ঙমদে। নোংমা তৌথিবা থবকস্থ মথংদা অহুম কাওথোকই। মতাং অসিগী ওঝাশিংনা থাইদগী লুবা হেনলি। ছাত্রশিংনা ওঝা ওইবশিংবু মশক নিংথিনা থংবা ঙমদে। কয়া জ্ঞান লৌশিনগনিস্থ থংদে। মথংদা প্রাইমারিগী মতাং লোইশ্রবা ছাত্রশিংনা মমা-মপাবু কিবা অমদি ওঝাবু কিবা হৌরকলে। মতাং অসিদা রাখন থনবা ঙম্বগী শক্তি ছাত্রশিংনা ফংলকলে। মথংদা ছাত্রগী পুন্সিগী থাইদগী লুবা মতাং য়োরকলে। মথোক কারকপগী স্নুংঙাইরবা ঈফুৎ কাওরকলে। সংসারদা চংদব য়াত্রবা স্নুপী-স্নুপা ওইবগী স্নুংশীনবা হায়বা অহুগী অনৌবা রাখন পোক্তবা য়াদে। থন্দুনা য়েংসি—হেক উবদা পুক্নিং ভুজুংবা পোল্লবা, কনাগী মাইথোংনা মমি তানশ্রবা ছাত্র-ছাত্রিগী রাখন অহু

**ছাত্রশিংদা ওঝাগী লমজীং**

মানা পারিবা লাইরিক অহুদা পিবা ঙমগত্রা? য়ায়া লুবা রাকমনি। থরক্তা পুন্সিগী রাখয়া মতমগী অহুদি অনি অসি য়েৎনদবা য়াদ-বনি। কনাগুম্বা ছাত্র অমনা লমকাংলবা রাখনগী ঈপোমদা তাওহুনা, স্নুমিদাং রাইরমগী কজবনা পুক্নিংবু ঈথক হৌহনলবা

মতমদা নিংথিবী শকতম্না মশাগী ওইজবি প্রকৃতিগী তম্ভাং-তম্ভাংবা কুচুনা অমুকম্প ইথিন পিম্ননা কম্পহম্নবী অমা উরুয়ে। মুপী মচাম্ন ভপেংনা হায়রবদা মেরা থাগী থাজনা মাবু য়েংগে থোক-লকপদা ইকাইবনা থাজম্ন লৈচিম্ন কিরুক খুমম্ননা থাংভি। বসন্তগী মাচংবদা শিংপা মুংশিংনা হৈপান, লৈপান কম্নাবু মপান শাগৎ-হম্নবা হোৎনরুম্নগা তপ্প অম্নম হুমলকপদা মুপী মচাশিবু উরুবদা ইকাইবনা মনাক নকশিনবা ওমদে। কোম্থোং মপানলোমদা হৌবা পাম্বী কম্নাগী মরক্তা শাংনা মুংশাম্বর হোম্লহুনা অচম্বা প্রকৃতিগী পাম্বী কম্নাদা ভাইনম্নি।

মুপি মচা অহুনা কজম্নবা পুথ্রি মপান অমদা লংনা কেংলবা সনাপুন অমা পায়রগা, কোমদানবা কিজেৎনা লৈভেংহুনা চেংহি লুম্বা উরুবদা কনাগী থম্মোইদা মমি তাদনা তোকনি। শ্রীকৃষ্ণমক্তা হায়খি—"মুপীগী কি অকোম্বা য়েংলুম্ন। করিগুম্বা উরম্নবদি কাম পোকলকই।" অহুনা কামগী মৈশা লাংবদা রাথন থনকম থং-দবগুম অউবা কম্নানা, রাবা

গীতা

নংবশি মশানা তাবনি। মুপী মচাহুনা মথোক কারকপগী থবাক্তী খুদম অহুগা পৈরম্না লেপদা অহেনবা শকলোন উৎলকপা, খাংগী কজবা উৎতুনা তেকতক তৌনা লেপ, ভুংগী কজবা মিহৌনকম্ন ওইবা শরুক্তা শমগী শমদোম কম্নানা পাতক কুপ্তু,না লৈমাইদা লেপ্পগা লোইনবী মাবু ভাইরকপা মতমদনা—ঈম্নাইদা শাৎপা

থম্বানদা, লৈহি চুপলম্বা খোইমু মাইথকপা কয়ানা ঈশিংগী লৈরাং ওইরগুম থম্লুনা মমখিবনা হানগনি মতাগুম, লৈহি চুম্না কংহৌরয়োই রাথন্দা পাইশিনলক্লুনা তোংলবদা, কামদেবগী লিক্লং মিৎতা তাবি নিংখিবী অত্তুনা কয়থ্বা খোইমুনো। মাইথকপা হায়ত্তুনা মথুৎনা কনথরকপদা, খোইমুনা থংবগা লোইননা ইকাইবনা লাপ্পা পাইখিবা অত্তুগী মাইকৈদা মথোক কারকপি মুপী অসিনা য়েংলকপদি অরাংবা উতোন কয়াদা শিৎচবা মুংশিৎনা পেনমমখিবনা উনা কয়াদা লক্লুবা হৌরকলি। উগী উশাদা তোংলম্বা উচেক কয়ানা মপাং মপাং থিনহুনা মকোন্দা পাই-শিন্দুনা মুপী মচা অসিগী কজবা রারী শামিয়রুনবা হোৎনরক্লি। অসিগুম্রবা মুপী মচাহুগী কজবদা কনাগী থম্মোইনা মাবু য়েং-নিংবা, মুংশিবা অমদি মিহৌবা পুম্নমকসে পোক্লুবা য়াওগনি। কামদেবগী তেম্না থম্মোইদা থুম্না পাম্লবদা কনাগী থম্মোইনা লেংদনা লৈবা ঙমগনি। অহন ওইবা কয়ানা পুন্সিগী হৌঞবঃ মুংঙাইবা মতাংশিংহুবু নিংশিংক্লরগা মমিৎতা মপি তাম্নরিবনি। কজবা হায়বসি মুংশীবদগী থোকপা মরম্না মতাং অসি মীপুম তিংনা কংনরবনি। মমাংতৈগী রারীদা দৈক্ষ প্রজাপতিগী মশক মতৌদা রাৎত্রবা গুণ খিবিক্না মশাগী ওইজবি "সতী" কৌবি কৈলাসনা মহাদেববু মাগী থম্মোইদা লাৎচরম্মী মপা নিংথৌ দৈক্ষদি মহাদেববু লাই অত্তাওবনি হায়না খনবা অমনি। মহাদেববু য়াম্না পামদে। মচাদঃ শাওবনা দৈক্ষগী মথৌ ওইরম্মী। কৈলাসগী রাথনদি হোংবা লৈখিদে। মপাগী রাথনগা সতীগী রাথনগা

রাখন ঈপাক রাংম রাংমদনি।

**সতী কৈন্থী**
**শমলপ্পা রাবি**

নু শীবগী মকমদা অচাওবা, ফম্ভবা লৈতে। মপাগী রাখনগীদমক্তা কৈন্থনা থোইনা চিংনকবা তোদে। পামজবা মহাদেবগী রাখন্দা অমুম তাওদুনা লৈবম্মী। সতীগী অপাম্বা, নুংশীবনা মপা দৈক্ষগী রাশক থুগাইখ্রে। কৈন্থ মহাদেবগী শেবা কাজখ্রে। "নোং দক্ষগী নোংদমদি, মহাদেববুস্থ থম্নগা মহাক মশামক ফাওবা তম্মীবনি।" সতীগী লাইবক্তা করি তমলমগবা। রাইদা সতী নপাগী রাখন রাংমদা ননা থবক তৌকবসে। চহি কষা তৌখ্রে। মপা অমা ওইনা মচাদা শাওবগী মতম লোইবা য়ারে। দৈক্ষনা যজ্ঞ অমা তৌরকলে। মপান শাওখিবা পুম্নমক কাওথোক্লবা সতীনা মপুরোইবদা য়েংদুনা "ইপাম হোংদাকগে, ইপাগী যজ্ঞ যাওকগে" অমুম হ জরকলে। মাগী তুগী খংলবা শিবনা য়াওকনু, চৎলুনু হায়বী খ। অসুম ওইবু তমখিবন সতীনা মযুম চৎনিংবগী নুংশাইতব উৎতুনা অমুক্ত চৎচকলগা, তম্না অমুম হল্লক্কে হাযজরকলে য়ারম্লোই খংলদুনা মহাদেবনা থিংবা তৌখিদ্রে। মাগী নবা থুংলসনু খল্লকলল। অত্রু কাইনবনি খনবদা মিৎত্তগী পী শিন্থাখ। সতীন যজ্ঞগী সঙ্গা মযাইদা হেক চংলকপদা দৈক্ষ মত বাজনা মচা কৈন্থবু থিনা চৈমনখিবদা কৈন্থ খাংবা ওমখিদ্রে, মপুরোইবগী রাখন ভাইহাক খল্লমলগা সভা ময়াইদা সতীগী অংহইব পুন্স ওইখ্রে।

মহাদেবনা মশাবী কাইনা মৈশ লাং, মৈচাক কোক্লবা

মালেম লুপহনলগে হোৎনরকপদা লাইয়াম সভানা খামজিনখি। অত্তবু থম্মোই মৈহৌরবা শিবনা লাইয়ামগা তিন্নবরোই গৃহ ধর্ম্ম চৎলরোই খন্দুনা শুক্লবা উমং অমদা "যোগী" শক্তম লৌগ্ননা লৈথোকখ্রে। তাল্লক অসিমক্তদা তারক কৌবা হিংচাবা অমনা ইন্দ্ররাজবু মাইথিবা পিত্তুনা লাইয়াম সভাবু তানখাইরে। ইন্দ্র-লোক অরাবদা তারে। হা, হা, কাব লাওনরে। লাইয়াম্না হিংচাবা হাৎনবা খন্নবা হৌরকলে। ব্রহ্মালোক তান্না লাইয়াম লাক্লে। ব্রহ্মালোক্তা ব্রহ্মা থেংনরে। হায়রকই "মহাদেবগী মচা ইবুংঙোনা লাইয়ামগী সেনাপতি ওইরগা, মাতনা হিংচাবসি হাৎকদবনি।" লাইয়াম সভা অমুক্তা হেন্না রান্নরে। মহাদেবদি মতম অত্তুদা নুপী লৈত্রি, মশানৌ কাইন মৈচাক কোরুবা মালেম লুপহনগে তৌরম্নগা, অশোংবা জঙ্গলদা চৎতুনা লাই নিংথ্রবনি। করম্না মহাদেববু লৌরুনি। খন্নবদা খনক্ষম খংনদরে।

কামদেবনা লাইয়াম মমাংদা চোংথোকলক্কুনা লাবক অমুক্তং য়েংজরগা লাইয়ামগী অরাবা কোকপা য়াত্রা য়েংসি হায়রকলে। কামনা মহাক্কী চান্নরবা বসন্ত লৌইনরে, তেন্দোংদা পঞ্চশ্বোর হাপচিনলে, মহাদেববু থিরকলে। থিন্দনা মহাদেবগী মনাক য়ৌখে। মহাদেব লাই নিংলম্মী। মমিৎ উইশিন্দুনা লৈরম্মী। কামদেবনা থুংবগা শাৎলমদবা লৈরাং কয়া শাৎলকলে। কংলম্বা খোং কয়াশু ইচেন নাইনা চেনলকলে। অনৌবা য়েননিংগা লৌইননা উপান মহৈ য়ানলক্লে। পোম্বী চেক্লা চিনওক্রে। হৈনম লৈনম পুবা তপ্পা হুম্বা নুংশিৎনা শিবগী নাক্তা হুমলুবদা

কামগী শহুম খংলবা শিবনা শাওনা য়েংখোকলকপদা কামদো মাগী পঞ্চশ্বার কাপলমলগা উৎকি মপৈ ওইনা তুখে। কামগী তেম্না পাল্লবদা মহাদেবগী লাইনিং কাইরে। শাওনা লাইয়ামগী মনাক্তা মহাদেব লাক্লে। লাইয়াম্মা শিন্দুনা শক্তা হাৎত্রবী নিংথিবী শক্তম্না মশাগী ওইজবী পার্ব্বতিবু লুহোংবিরে। মচানা লাইয়ামগী সেনাপতি হাপ্লগা লাইয়ামগী অর'বা কোক-হনখে। মমৈথংদা নিংঙমমক্তবা মহাদেবনা কামদেবগী উং ওইত্তনা লৈহৌবা মক্ষম অত্তদা কৃপা দৃষ্টিনা অমুক য়েংবদা কামগী মূর্ত্তি অমুক চোংখোকলকখি।

মহাদেবক্ষাওবা ফজবদা খাংবা ঙমদে। ঙশাইগী নুপীমচা-হুনা মখোককারকপা নুপা অত্তুদা হায়ফেৎ ইকাইবগী মওংদা লৈরকপা, মতম্নগা নুমিদাংরাইরমগী ফজবনা থল্লবা অত্তুদা মখোই আনগী থম্মোয়দা বসন্তগী ইচেনচেনলকলোই কবম্না খনগনি। অরা-অনা, অক-কন্ত পুম্নমক কাওখোরগদবা মক্তুনি। ইকাইবা অমদি পুক্লিংগী ঈথক ইরাং হৌনরকপা অত্তুদি উম্নরুবা মখোই অনিতা খংনজসনু। থম্মোয়দা নুংশীবগী অনৌবা ইরাং হৌনরকপ-হুদি ঐখোইদ অত্তুম হায়ফেৎতা য়েংসি, উশিনলুবা তাববদি উমনবা তাখিনি।

ছাত্র ওইরিবা নুপা অত্তুনা নুপিমচাহুবু কাওখিগদ্রা? হেক উম্নবদা পুক্লিং তুজুংনা ইকাইবা পোক্নরিবনি। অহুনা কাওবগী মহুৎতা থম্মোয়দা চেৎনা থম্নগা, পুক্লিংগী রাখন খংদ্রিবী অত্তুতগী

রাখন্দা তাওত্তুনা লৈথোকখিগদ্রা ? অম্মুম্না খনবস্মু লানলোইনক্লা নিংই। অওইবমক নুংশীরবদি মমা-মপাগী য়াথং ফাওবদা কৰি অমতা ওইনা খন্নদ্রিবনি। পোকপদগী মাতগী ফনবা হোৎনরকলবা কয়া অত্তুবু থাদোকলমত্তুনা মবান্নিগী অনৌবা রাখম্না, অনৌবা সংসার অমা শেমগৎপা হায়বসিস্মু মীওইবগী পুন্সিদা তৌদবা য়াদ্রবা অমগুম লৈরমলবনি।

অসিগুম্লবা কল্লবা লিচিং অসিদগী করম্না ছাত্রশিংনা নাস্থোক্কদগে ? মসিস্মু অরুবা অমনি। অদুবু মপুং ফারবা, মথৌ মশক খংলবা ওঝানা মহাক্কী মহৈবু শন্দোক্লবা হোৎনবদা ধর্ম্ম শন্দোকপা কনাগুম্বা মীওইশিং অত্তুগী মওং মতৌ লৌত্তুনা, রাখন অনি লোংদনা ধর্ম্ম অত্তুদা পুক্লিং চংলকপা অসিগা লোইননা ধর্ম্ম অসি ফংলিবা কয়ানা অপাম্বা অমদি অনিংবা কয়াবু থাদোক্লুনা ঈশ্বরত্তুতবু খনখিবা অত্তুগুম্না ওঝাগী ধর্ম্ম শন্দোকপগী মতৌ অদুতনা ছাত্রশিংবু লমফাংলবা রাখন্দগী খবফাওবদি লাইনা কনবা ওমগনি। অত্তুনা ধর্ম্ম শন্দোকপ অফাওবা কয়াস্মু য়ামত্রবদা ওঝাগী গুণ অসি চেন্দবা য়াদে। ওঝাদস্মু অ'স মওাই। শম্না হায়রবদা ওঝাদি 'থক্রা উ'রিবা নুমিৎকুম মওান চাওই। ওঝানা ক্লাসতা করিগুম্বা অমা তাকলকপা মতমদা ছাত্রশিংনা তু'মিন্না পুক্লিংদা রাখন অতোপ্পা অমা খন্দনা, পুক্লিং চংনা তারবা, তম্মীরিবা মহৈ অত্তুবু ছাত্রশিংনা খংবতা নত্তুনা মমিৎতস্মু ওশেনা উহনবা ওম্লবা অত্রগুম্বা ওঝাত্তু অশেংবা ওঝানি।

ওঝাগী মরুওইবা থবক্তি "মতেৎপাংবা অমদি লমজিংবা"

হায়বসিভনি। মহাক্না কনাগুম্বগী থম্মোইদা মহৈগী কান্নবশিংগুম্ খুদমতনা পামহন্নবা লাকৈ, হায়বদি মহাক্না তশেংনা ছাত্র শংগী অপাম্বশিংদু মথোই মখোইগী থম্মোইদা খিন্দুনা থম্মুবা নত্তে। ইচম চম্বা মত্তং পাৎগা লোইননা মখোন। হাপ্লদনি। মহাক্না ছাত্রশিংদা মহৈ অছু নমহনা পিবা নত্তে। মশাগী মখোনা অহুতবু ছাত্রশিংদা উৎপনি। ওঝানা মহৈগী কান্নবা মওং অমদি অকবশিংহুতবু উৎপগা লোইননা ছাত্রশিংবু মাইকৈ অদোম্দা পুরক্নবা হোৎনৈ। অসিম্ব ছাত্রশিংগী থাজবা য়াবা য়াখন্দা চেৎনা থমগদবনি। অসিগা লোইননা ছাত্র শিংনা ওঝাহুম্ব খাইদগী হেন্না য়াংলবা থাক্কি মীনি খন্দুনা, সমাজ অসিদগী ওঝাগী মতৌ তম্নবা হোৎনগদবনি। মথৌ হাপ্প হায়বসি য়াওদবা য়াদে। থৌনা, কজনা শেন্নবা থাংদা অমুক মথৌ হাপত্রবদি কায়গুম্বা অমা য়াম্লুবদা ময়া তেকতুনা শিজিন্নবা য়াদে। অদুনা ওঝাগী মথৌ থাপ্প অসি য়াওহনবদি ছাত্র শিংনা অয়েম্বদা মাংবা হায়ব.স মশানা তাবনি।

পুন্সি অসিনা মপান নাইহনবা থবক কয়ানা থম্বা লৈবনা মী অমগী অপাম্বগা কনাগুম্বা অমগী অপাম্বগা মাম্নদে। ফুরিত তুবা, লৌউবা, উ-গুবা, ঈশৈ শকপা আসনচিংবা অসি মী, মী অহুগী অপাম্বগী মতুং চম্না। কায়গুম্বা মী অহুনা অপাম্বা অহুগী মতুংইন্না থবক চৎথহনবদি মহাক অহু থবক অহুদা তশেংনা কাওরা ওম্মোই। হিংনমথগী অপান্দা কংগনি। অদুনা মী অমগী শিনকম ওমবা হায়বগু ওইগনি। অসিগুম্বা মতম আসদা

ওঝানা থবক্কী শিনশং অসিদা অচুম্বা অদুতনা লমজিংগনি। মীওইবদি রাখন খনবা ওম্বা জীবনিনা রাখনগী মনুংদা লৈরিবা অমাং-অতা লৈত্রবা মশিংগী মমারগুম্রবা মরামরুমসু লাইনা ফংত্রবা ওম্মি। মশাগী বুদ্ধিগী ওইবা, পুক্নিংগী অপাম্বা ওইবা, ফজবগী মরি লৈনবা জ্ঞান অমদি মরামগী রাখন চেনবা, অচুম অরানগী রাখন খনবা, আত্মাগী ওইবা অসিনচিংবা অসি মীনা শক্তাং চুদা, মরেপ্তা, মগান্দা মপানখোংগী কিবম খেংনবা মতুংইন্না মনুংগী কিবমসু খেংনবা শোইদবনি। অদুনা ওঝাগী মথৌদি য়াম্না লুবা ভাই।

ওঝানা ছাত্রগী রাখন অমদি কিবম অদুগী মরমদা খন্দবা য়াদবনি। অদুনা ওঝা হায়বসি দর্শন হৈবা মী অমনা ওইগদবনি। অসিগা লোইননা ছাত্রবু মরুপ অমগুম মতেং পাংনবা হোৎনগদবনি। অচুম অরানগী মরি লৈনবা অমদি ফজবগা মরি লৈনবা জ্ঞান অদুতনা ছাত্রশিংবু লমজিংবীগদবনি। তশেংনা হায়রবদা ছাত্রগী পুংগুপ গুপ্না অদু ওঝানা ওইগদবনি। হিদাকি বিজ্ঞান হৈরবা অদুনা হকচাংগী মরমদা থরৈ। পুক্নিংগা মরি লৈনবা, হকচংগী কিবমসু কনা থম্বগী বিদ্যা হৈরবা অদুনা চেকশিন্না হকচাংগা মরি লৈননবা থরৈ; দর্শন হৈবা কন্নানা অচুম্ববু থিননবা থরৈ। অচুম-অরানগী মরি কংনবা বিদ্যা অদু হৈরবা কাংবুতনা অকবা, অচুম্বা হায়বদুতবু কংনবা থরৈ; কাপা বিদ্যা হৈবা কাংবুনা ফজববু কংনবা থরৈ; অসিনচিংবা বিদ্যাশিং অসিগী মতুংইন্না ছাত্রশিংনা অহৈবা কয়াদগী জ্ঞান তান্নবা হোৎনবদা

অহানবা লম্বী অদু মশানা থল্লগা, লমজিং অমদি মতেং অদুনা ছায়রিবা খল্লিবা বিত্তা অদুবু থংলবা অদুগী মতেং লৌবদা লাই-নিংবা কয়ানা ঈশ্বরবু কংনবা হোৎনবদা মশাগী অপাম্বা কল্লকপা, মীহোৱা পুম্নমকপু থাখোক্তুনা মানা চংলিবা লম্বী অদুতদা চংশিনবগুম ছাত্রনা তাক্লিবা অদুতবু কংনবা হোৎনগদবনি।

মীওইনা পোকপা অসিদা মরু ওইনা শেন-থুমগী চাওরবা শরুক অমা য়াওরি। শেন থুম পাইত্রবা হায়বসি সমাজনা অতোনবা অমগুম উই। করিগুম্বা অমা থম্ব-খোৎনবদা মহাকপুদি ইথা থাবিদে। মহাক অদু তশেংনা শাগৈ-নাইতৈগী মতুংইন্না অকবা অমা ওইরবা অদুগা লোইননা হুরান-চিন্থিস্থ য়াওদবা, লমচৎ শাজৎসু কাইদবা অদু কাওবদা পৈশা মুংশা থবা রাংপা অদুনা মরম ওইগুনা জাৎ অতোনবা অমদি মীনা তিম্রনিংদবা অমা ওইহল্লি। অদুগা পৈশা-মুংশা পাইরবা, লন-থুমু খোংগাওননা শিজিন্নবা ওন্নবা, মীহোদ্দা থরমথৈ পিজ পিথক ওন্নবা, মীওইশিং অসিদনা শাগৈ জাৎ কনা তোনবা ওইহনস্থ নিংথৌরেনগী মচা-মগুগুম সমাজনা ইকাই থুম্মৈ।

ওঝা ওইবশিংগীদি শেন-থুমগী রাখন্দা সমাজনা থম্নদে। মহাক অদুদি শেন পাইত্রবস্থ ইকাই থুম্নবা হায়বদু ওই। হায়রিবা ওঝাশিং অসিগী শেন-থুমদি মপান নাইদবা মকমদগী, মপান নাইদনা লৌবদা অরাবা থুদোংথিবা পোক্তে। ইনাক থুম্নবা কম্নানা পৈশানা পৈশা তান্নবা হোৎনৈ। অদুগা পৈশাগীদমক্তা

মথরাই অদুক্কাও পাম্মুবা লৈতে। ওঝাশিংগীদি মাগী মহৈ অদুতনা পৈশা তাল্লি। মহৈনা তানবা পৈশাদি অরেম্বদস্তু মাংখিদে। মহৈদি হুরানবনস্তু হুখিবা ওমদে। অদুম লেংদনা শিব কাওবা লৈ। ছাত্রশিংবু মুংশীবগা লোইননা পুক্নিংবু চিংশিনবা, কাজিনবা ওম্বা অদুতনা লমজিং ওইরগা অতোপ্পা অমা হোৎনরুদনা কনাগুম্বগী মতেংস্তু লৌদনা ওঝানা চাওরবা লন-থুম্মু লাইনা খোমজিনবা ওম্মি। অম্মুম্না মহাক্না লন-থুম অসিবু তানবদা মীয়াম্না মাবু মশক অমুক হেন্না খংঙকই। মীনা মাবুদি মশক খংবস্তু হেল্লকই, মুংশিবস্তু থোইনতুম হেনলকই। মতোন্দা পিবদা চিংনবা করি অমতা লৈতে। মমাংতৌদা মস্ত্রিমচাগা নিংথৌ মচাগা মরুপ শান্নরম্মী। অনি অসি রাঁরি রাজাই শান্নবদগী শাও-নরকলে। শাওমনগ্রচুনা মখোই মখোইনা হায়্নারবা অদুগী মওং

মাঘ পণ্ডিতকী শমল্পা বারী

য়েংলসি শন্নরকলে। মাস্ত্র মচানা হায়বনা "মহৈনা শেন-থুম্মুদি হেল্লি।" অদুগা নিংথৌ মচান্না "লন থুম্না হেনজি" অসিতম্নি। অনিমক লম কোইচনা প রক্ষা য়েংবা তাখি। নিংথৌ মচানা মপাগী চাওরবা লনগৈদগী চং-গদবা শেন থুম পুথোকলকলে। লোইনা পুবাদ য়াদবনা অওম্বা খন্না পুরন্থনা অনিমক লম কোইবা হৌরকলে। ম'স্ত্র মচাদি স্ন-লুপা করি অমতা পুদে। ইচম চম্না অদুম থোকলকই। নিংথৌ মচাগী স্না লুপা পুম্নমক চহি খরগী মতুংদা লোইনা চা-থোকমিন্নরে। অরাপ্পা মীরৈবাক য়ৌখ্রে। নিংথৌ মচাগী উপাই

লৈশ্রহুনা মন্ত্রি মচাদা হায়রকই "ইতাও নংগী মহৈগী মতাংদু অসুক য়েংলসি"। মন্ত্রি মচাদু অদুতা ঙাইহনা লৈরম্বনি। করে, ইতাও য়েংলসি অসুম্না ঙাংনরে। মন্ত্রি মচানা মীগী য়ুমদা চংহনা "মচা মহৈ তম্বীগে, চাম্বা নিংথিনা পিয়ু হায়রুবে।" য়ুমগী অহন অদুনা হরাওনা য়ারকলে। ঙমজবা শেবানা মন্ত্রি মচা অমস্তুং নিংথৌমচা অদুদা তৌরকলে। বন চৎপনিনা মকম অদুদা কুইনা লৈথোকপা য়াদ্রে। মথং মথং চৎপা তারকলে।

নিংথৌ মচাদু ইকাইরে। মাগী পৈশানা চাবদগী মন্ত্রি মচাগী মহৈগী মপাম্না চাবনা হেম্না নিংথিনা চারে। ইকাইবনা হাংলগে খনজকলে। জঙ্গলদা অসুম চংলকপদা নিংথৌ মচানা মন্ত্রি মচা অদুদা হায়রকই—"ইতাও নং হাংপা তারে।" মন্ত্রি মচা অদু-কাওবদা শাওবা লৈতে। "করে ইতাও ঐবু হাংপিরো অদুগা ঐনা পাইরিবা চৈ অসিমতংদি ইপা নিংথৌ অমস্তুং ইপা মন্ত্রি অনিগী খুৎতদদি শিন্নরমুকো।" নিংথৌ মচা শোয়দনা পিগনি হায়না রাশকলে। মন্ত্রি মচা চৈশু অহুদা মহৈগী পাখোং চল্লমমগা হিপথদ্রে। নিংথৌ মচানা মতাওবু খাংনা থোগনদ্রে।

চৈ মচা অদু নিংথৌ মচানা প'য়স্তুনা লাক্লে। মরৈবাক য়ৌরগা নিংথৌ মন্ত্রি অনিমক্ত চৈশু শিন্নরে অদুগা মন্ত্রি মচাদি লম্বীদা নাহনা শিহোৎরে হায়না তমদ্রে। নিংথৌ খুংঙাইমনখিজ্রহনা রাজসভা অদুমক্তদ কপলকলে। ম'স্ত্রদি মাগী মরাইবক্নি, অসুম্না কপখিদে। চৈ অদু পায়হুনা কোইনা কোইনা য়েংবা হোৎরকখি। চৈশু অদুদা মহৈগী পাখোং চল্লম্বদু থেংনরুরে। লৈবাকী পণ্ডিত

লোইশং কৌখৎলে। অদু কাওবদা পাখোং অদু কোংবা ভমখিদ্রে। পাখোং অসি মাঘ পণ্ডিতনা কোংহুনা নিংথৌ মচাদু মীহাৎপগী দণ্ড কংখি। মাঘ পণ্ডিতকী মহৈ মশিং হৈয়কপগী য়াগী শমলপ্পা তাখিসি। মাঘ ব্রাহ্মন মচানি। মহৈ-মশিং য়াম্না হৈ। মপানা নোংমগী খোংপাক্লা অহুম অহুমলক ইতৎতত্তনা কাওই। শেবক-শাখা কয়াগী মমাংদসু অহুম কাওই। মাঘ মথৈথংদদি সুংভাই-রক্কে, "মপাবু হাৎলগে খমলকলে।" থাং খুৎতা পায়হুনা মপান্দা মপাবু ভাইহুনা লৈশ্রে।

অহিংনি, থেংজিনলক্লে। মাঘদি মাঙোল মচি অমদা মপা ভাইহুনা ভুমিন্না লৈরি। মমানা মাঘ হুনলক্কে, হায়হুনা খিক্লনবা মপাদা হায়বা হৌরকলে। অদুগা লোইননা "ইচাহুবু মহৈস্ন কনা হৈজরে, লৈবাক অসিদা পণ্ডিত হায়না হায়নরবনি" অদু-কাওবদা নংনা কাওঝ তোকতবহুদা শাওহুনা চৎলমলগদি অস্থুম্না য়া মঘাসু তারকলে।

মপানা কপ্প কপ্পহুনা হায়রকই—"ঐনা ইচাবু কনবা ভৌবনি সুপি। মানা কাওবদি ঐখোইগী লৈবাক অসিভদনি। ঐনা মাবু কাওহননিংবদি মীরৈবাক কয়া কাওহুনা পৃথি শিনথুংনা মমিং চৎসুনু ভৌবনি। ঐনা মাবু য়ারকত্রবদি মা মহৈ হৈরে হায়না চাওথোকখিনি। অদুদগী মানা অখংবা মহৈগী মপান্দা নাপল পোকলকনি মদু পোকলক্কনবা ঐনা মাবু কাওবনি। অস্থুম্না কপ্প কপ্পহুনা মৈয়া অচৌবা অমা পায়রকলে। মাঘ, মাঘ হায়না কৌবা হৌরকলে।"

ইমুংদা শাখিবা রারি মাঘ তাদবা নত্তে। খম্মোইদা অরাবা অমা পোক্কুনা "মপাদা লংঙরুবা দোষ অহু করিনা কোকনি খল্লি।" উপাই অতোপ্পা অমা কংত্রবদা মাঘ পণ্ডিত মপাগী মখোংদা কোল্লগা, তোগে নিংলুবা পুম্নমক কপ-কপতুনা তম্বা হৌরকলে। মপানা হন্না হন্না হংলকই "মাঘ নং মতুমক খল্লুরত্রা ?" মাঘনা "অচুম্বনি ইপা ইবুংঙো, নচাবু অমুক্তা ঙাকপিয়ু নত্রবদি ঐ হন্দক্কী মপোক্কা নত্তনা মপোক মপে'ক খুদিংগী মীওইনা পোকপা ঙমলরোই। "করিনা কোকনি, অমুক্তা কোকপিয়্" অম্নম্না নোং খোংবঙুম কপলক্লে। অহুদি মাঘ—"নংগী মহৈ অত্তদা মপা হাৎপা মীনা করি তৌরগা কোকদগে অমুক্তা য়েংঙু। ঙসি ঙমত্রবস্থ নোংমা-নিনি চংনা থিযু। কংত্রগা ইপা তাকে।" অম্নম্না মপাগী মপাও কংলবা অহুদা মাঘ লাইরিক কয়া কা-ক্তোকতুনা থিবা হৌরকলে। সুমিৎ হুম্নি চংনা থিবদা কংথিদরে। মপাদা কংত্রে হায়ঙ্গরকলে।

মপানা হায়রকই—"অহুনিদো মাঘ নংনা মহৈ হৈরে নিংলিবা, লোইবা নাইদবা মহৈনি কাওগনু।" করে অহুদি নং অরাং-পাংনা চৎলো ; ইপানা নংগীনি হায়তুনা সুপীমচা অমা হায়নরম্বনি। মখোইদা চংলগা "থবক তৌজগে, যণ শেপ্পগে, তৌ-হায়বত্তা তৌজগে হায়রু। মহুদা অহন, নকুবোক ওইগদবা অহুনা য়ায়কলবদি হায়া রাশকহনলু "ঐবু চাক পিজবদা মনিংথোং মনাক অসিদা নত্তনা অতৈদা পিজদবা, চাকস্থ নচা-সুপীগী লুথাক পিজবা।" রাশক অহু শকপ্রবা মতুংদা নং থবক

হৌগদবনি। কনা অমতগী লুখাক চাবা য়াদে, নুপীমচা অহুগী নত্তনা। নুপী মচাহুদা নং খংহনলুবু, থংগ্রবদি য়ায়কওই, অঙাওবা শাহুনা চংখো, চোইরোনগুম ঙাংঙু চো।

থিন্দনা মাঘ থোকখ্রে। অমোৎপা ফি শেন্তুনা অঙাওবা শাখে। মমা মপানা ঙাওহুনা চৎখ্রে, মফম খংদ্রে অম্মুম্না শন্দোকলকলে। মাঘ নুপীমচাহুগী লুখাক চাহুনা মতম খরা লেনলকলে।

নোংমদি মাঘগী চাক পুরক্লে। চাক লামলবা মাঘনা শাওবগী ঙমখৈ লৈত্রহুনা ইমুংহুগী অহন অহু কৌরকলে। রা-ঙাং-নরে অহন অহুনা অঙাওবা নত্তে পণ্ডিতনি হায়বা খংলকলে। মাঘনা হায়লকই—"করিগী ঐগী চাক হৌজিক ফাওবা পুরক-ত্রিবনো?" মগুণ খংলবা ব্রাহ্মন থুনা য়াংনা হোৎনজহুনা চাক অহু পুথোকচরকলে। অহিংগী অয়োইবা য়ুথক্কি, নোং ঙাল্লমদাই অসিদা করম্না কদাইদগী চাক পুরকলিবা? লুখাক চাই হায়রহুনা পংতৌ তৌরব্রা? অম্মুম্না মথং মথং হংজিনলক্লে। পাওখুম মফম খংদ্রবা ব্রাহ্মননা তপ্না খুমজরকই—"ইবুংঙো স্না কোম্মুংদা করিগুম্বা অরুবা অমা থোক্লুনা চাক-ঈশিংগী রা নিংশিংনদ্রবননি।" মাঘনা মখা তারকই—"করি রানো ঐ হায়বিগে, চাক-ঈশিংগী থোরাং তৌফরো, রারুবু।" রাশি তাবদা ব্রাহ্মন হরাওবনা ঙমখৈ লৈখিদ্রে। নিংথৌগী দত্তি কংলোই থন্দুনা হরাওবগা লোইননা ঙম্না লুক হৌদ্রে। মাঘগী চাক পুরকলে।

মাঘনা চাক চাবা লোইরগা হায়রকই "ব্রাহ্মন মিংথৌদা

অস্নুমা হংগৎলু—মাহুদি লাইমনখে, ঐদি কোংলমোই, ঐখোইদা থবকতোঘা অমা লৈ মাবু কোংহনগে।" অস্নুমা ঙাংনহুনা ব্রাহ্মণ অহুগা মাঘগা স্না কোন্নুং কায়কলে। মাঘ থোংদা লৈহৌই ব্রাহ্মণদি চংখে। পণ্ডিত লোইশং চোম্না ভিল্লি, মক্ক লুকথহুনা রাখন খনবা হৌনরকলি। মরক অসিদা ব্রাহ্মণ অহুনা নিংথৌদা ঙশাই মাঘগা ঙাংনখিবা রাকমতু হংগৎচয়কলে।

স্না য়াথংনা মাঘ থুনা লৌশিনলুরে। অমোৎপা কি শেৎলি, মশাস্নু লাইথুং থুংই; ময়াম্না খরৈ শক অসিনকো। অহবু খম্মোইদদি মহৈতনা ঙাল্লবা মাঘনি অপনবা লৈতনা মন্ত্রি মচানা চৈগুদা ইরম্বা পুম্নমক ফোংখে। পণ্ডিতশিংনা খম্নকপদা মাঘ নগুনা কনা অমতা ওইরোই হায়বা খংলকলে। চেম্থোক্নমকতুনা মাঘদা পণ্ডিতশিং অহুনা কোম্নলে। মাঘ খংহৌদনা মপা হাৎকে তৌরম্বগী লংজরুবা পাপ অহু কোকখ্রে। মশাদা থুংলম্বা লাই-থুংস্নু লোইনা কোকখ্রে। পণ্ডিতকী মগুণতনা রাজসভা অহু পুংঙান ঙাল্লকলে। অস্নুম্না মাঘ পণ্ডিতনা পাপ কোক্নবা লোৎ-লম্বা অহু রাজসভাদা মন্ত্রিমচাগী পাখোং কোংবগী মতুংদা কোংখ্রে।

পাকচাওরবা সভা অহুদা মাঘ পণ্ডিতনা নিংথৌরেনদগী হেম্না মঙান চাওরকলে। অস্নুম্না ওঝানা সমাজদা অচৌবা নিংথৌরেন অমগুম লৈ। প্রজানা ছত্রশিংনি। ছাত্রশিংগী অশেংবা রাখম্না ওঝাগী সম্রাজ্য অহবু খুদোংথিবা পুরক্নবা য়াম্না কম হোৎনৈ। অসিগুম্নবা ওঝাগী সম্রাজ্য অসিদি কারিগুম্বা অতোপ্পা পাজলঃ অমতনা নিকহনবা ঙম্নোই। অহুগা কম্নিগুম্বা এটোম

বোমগুম্বনফাওবা মাংহনবা ওয়োই। অসিগুম্বা ওঝাশিংনা তম্বীবগী মওংদি মঙা'ন চাওরবা ধর্ম্ম শন্দোকপা কাংবুনা ধর্ম্মবু শন্দোকলকপগুম্বনি। অসিনা মরম ওইদুনা মু'ঙাইবা, ইনাকখুনবা হায়বসে ওঝানা ফংই। অদুগা অনিরক হন্না মুংঙাইবা হায়বসিমু ওঝা ওইনা পোকলকপা মীওইশিংদা ফংই। নিতি খংবা ওঝানা অসিগুম্নবা অনৌবা ওঝাদা "মীমুংশি" হায়বা অদু উংলি। মহাক অদুবু ঐখোইগী চাওরবা লৈবাক অসিদা ঈশ্বরগুম্না খন্নবা য়াই। অসিগুম্নবা ওঝাগী মমাংদা নিংথোমচা, লৌউবা খাইদনা মগুণ অদুতবু থাগৎলি। অহুমলক হন্না মুংঙাইবা হায়বসিমু ওঝানা ফংই। চাওখৎলকলবা সমাজগী অযুক অসিদা, হৌখিবগা মান্নবা লৈতবা, অনৌবকনা নৌহন্নবা সমাজদা চাওখৎলকপগী ঈচেননা থন্না চেনলবনি। মসিগসু মথক্তা যুগ কয়াগী মমাংদা চাওখৎলম্বদুনা ইমা লৈবাক্তী মখাথংবা থোং ওইনা থনম্বা অসিমু ওঝাগী শেংলবা, অনি লোংদবা পুক্নিংগী ইচেন্দগীনি। হৌখিবগা লোইননা, অনৌবা কয়ানা ফজবা কয়াবু উরুবা মীওইবনা রান্নিগী ফজবনা মশক অদু শাদুনা থনম্মে। মশক অসি য়েংলগা শেমগৎলকপা অনৌবা সমজনা হেন্নবা লাক্নবা মরম্না ঙসিদি অনৌবা সমাজদা অনৌবমক্তা ঙাইবনি। চহি, যুগ কয়া হৌখিনি অসিগা লোইননা অনৌবনা তুং ইল্লকনি। অদুনা ওঝাগী মতিক মগুন্দি অমাং অতা লৈতে।

রাখন, শক্তি অমদি মশাগী ওইবা পুন্নমক কথোকপা ঙম্নবা ওঝানা অশেংবা রাশকা লোইননা মথৌদা মাই ঙনশিল্লি।

অসিগুম্বরা ওঝাশিং অসিনা লৈতেংলবা সমাজগী স্কুলশিং অহুবু তশেংনা মশাগী পোৎচৈ, লৈতেং অমম্বুং ফিজেৎতনা মপুং ফাহল্লবা অমগুম উহল্লি। হায়রিবা স্কুলশিং অসি ফজনা মহৈ মহোং য়াল্লবা উপালগুম্বনি। অসিগুম্বা ওঝাগী মনাক্তা লৈজবা ফংলবা ছাত্রশিংনা পুন্সি অহু মপুং ফাগৎলকই। ওঝাশিংশিগী মশা অহুনা সংসার অসিবু থাদোকখিবা মতমদস্থু মহাক্কী আত্মা অহুদি সমাজগী কান্নবা, ছাত্রশিংদা পুন্সিবু লংলবা থৌরানমিচাকুম ওইহল্লবা তোংৎনৈ। অস্থুম্না ওঝাগী থবক্তা মহৈগী পাকচাওরবা মপান নাইত্রবা, মীওইবগী শিনশং ওইরিবা অসিবু শিরবা ফাওবদা উৎলি। অকবা ওঝাগী মথৌস্থু মহৈগুম্না লোইবা নাইদনা লৈ। চাওখৎলকপগী থাক্তা ওঝাগী মথৌস্থু নোংম নোংমগী হেনগৎলক্লি। ওঝানা মৈরা পাইরগা ছাত্রশিংনা তুংদা ইনবনি, অহুদগী সমাজনা চাওখৎলকপা ওইরকপনি।” ওঝাগী ফিবম্না করিগুম্বা নিংবা কাইবা অমদি নিংবা থুংদনা লৈরবা অহু ওই-রবদি মহু থাদোক্রবা হোৎনগদবনি। থাদোকখিবা অসিগা লোইননা সমাজদা লাইপোক কয়ানা ফংগদবা জ্ঞান অহু মহৈ তম্লিবা ছাত্রশিংনা শোইদনা ফংগনি। অসিনা মরম ওইহুনা ওঝা অমা ওইনা লৈরবদি য়ামজ্রবদা মহাক ওঝানি হায়বা কাওরোইদবনি। মথৌ মশক থংনা থবক তৌবা হোৌগদবনি।

স্কুল অমদি তম্ফমশং পুম্নমকসে ওঝাগী মথৌ অহুতনা পুন্দুনা লৈবা মরম্না পুম্নমক ওঝাগী মথৌদা তারে। পুম্নমক ওঝাগী অক ফত্তগী মনুং চল্লে, থনবদা থনমনবা ওইরোই।

নিয়ম নাইবা হায়বা অসিনা মপান নাইত্রবা সমাজগী অচৌবা মথৌ কয়া লাইনা পাংথোকলি। হায়রিবা নিয়ম অসিগী মখাদা ঐথোইগী লাম্পী কয়ানা, ছাত্র কয়ানা অমম্লং চাওখৎলবা সমাজনা ইংনা, ময়া তপ্পা, মুংঙাট-য়াইফন। পায়রিবনি। অসিগুম্বা নিয়ম নাইবা হায়বসি ওঝাগী চেল্লিবা শিংলি খুদিংদা তৎতনা চেল্লি। অত্তবু য়েন্নবা হোৎনবনা মহাক্কী মথৌ ওইরবা অত্তুগুম্বা মহাক অত্ত—অশেংবা ওঝানি।

ওঝাগী মরু ওইবা থবক কয়িনো? কনাগুম্বা অমবু ওঝা হেক্কো ওইহনবা হায়বসি য়াম্না লুবা অমনি। ওঝাগী মশাদা হায়বদি ওঝা ওইরকপগী মতাংদা ছাত্রশিংনা অচৌবা মথৌ কয়া তৌই। ছাত্র লৈরমত্রবদি ওঝা লৈরমলোই অত্তুপা ওঝা লৈরমদবা তারবস্থু ছত্র লৈরমলোই। অকবা ওঝ অমা ওইবা তারবদি মহাক অত্তনা ছত্রশিংবু নিয়ম নাইনা পুন্সিগী থবকশিংবু তৌহন্নবা লমজিংবীগনি। ছাত্রশিংনা নিয়ম নাইত্রবদি ওঝা অত্তুগী মঙান অত্ত অস্থুম অস্থুম মুৎথরক্কনি। ওঝাগী মঙান্দি মানা হিংলিবা মতম অত্তুদা মানা তৌরবা থবক্কনা মুৎথকনগদবনি। করিগুম্বা শিখিবা থোক্লবদি—অকবা ওঝাগী মঙান্দি নোংম নোংমগী ঙানখৎলকই। অত্তনা ওঝা হায়বসিদি মিৎনা উবা লাইমক্লি খনবদা খনমনবা ওইরোই। ছাত্রশিংনা জাতিগী য়ুম্বী ওইবা মতমদা ওঝানা য়ুম্বী অত্তবু শেমলিবা মহাক অত্ত ওইদবা য়ারোই।

---

# ওঝা

## [৫]

মহৈ অমম্পুং তম্বা হায়বা অসি অঙাং ওইরিবা কয়াদা চংদবা য়াদবনি। অহুবু অঙাং ওইরিবা কয়ানা মশাগী পিথোক-লকপা জ্ঞানগী শক্তি শিজিন্নগনা, মী ওইনা হিংনবগী দমক্তদি মহৈ খয়: ফংই। হায়রিবা মহৈ অহনা "মহৈ হৈবা:" হায়বদু ওইগনা খনবদা হৌজিক্কি মমিৎ অনিমক তাংবগুম্ন "মীওইবনা খংবা ওমদবা, য়াখন খনবদা করি অমত। ফংবা ওমজরবা অহুগুম্ব: পোৎ অডু ঈশ্বরনি হায়না থাজনৈ।" চিঙখৎলকপগী মতুংইন্না ঈশ্বর য়ামশিনলক্তুবনি। মী অমগী মহৈনা হিংনবগী লম্বীদা অয়াবা কয়াম্ব থোক্লোইদবা নত্তে। য়ুম-শাবা হৈবা মীনা য়ুম শাই, ফিশাবা হৈবা মীনা ফি শাই। খোংজুপ তুবা হৈবনা খোংজুপ তুই, লৌমিনা লৌ উই, পুলিসনা অচুম-অয়ান য়েংশিল্লি, লৈবাক ঙাকপা কয়ানা ঙাক্লবা হোৎনৈ অসিনচিংবশিং অসি মী অমনা লোইনা খংবা নত্তে। অমনা অমগী মতেং পাংনবনা হৌজিক্কি সমাজ অসি শেমলিবনি। নত্রবদি অঙ্গলগী শানা মকম খংদনা কোইনা চৎপগুম ঐখোই তাইবংদম্ব থোকনি। অহনা ঐখোই তাইবংমী পুম্নমক মহৈগী মরমদা পুক্নিং চংনা থম্বা তাই। খাইদগী খুদোংচাবা মহৈ ফংনবগী লম্বীদি মহৈ মশিংবু লাইরিক্তা কয়া কয়া চেকশিনলুদবা অহুগা মথুৎ-মশা

শিজিন্নত্না থবক চিনহনবা, মহাকী জ্ঞানগী পাঙ্গলবু থবক্না হেন-গৎহন্নবা হোৎনবা অসিনি।

হৌজিক খুতম্বী অসিনা ছাত্রশিংনা পাম্বা হায়বদি মশা মশাগী মতকী মতুংইন্না তম্বীনবা স্কুল কয়ামুক্তা অনৌবা বিজ্ঞা-নিকশিংনা হোৎনরকপা ময়ম্না মখাংলৈগী তম্বগী নিয়মগা খেৎ-নহনলে। মী, মীগী অপাম্বা অমদি অনিংবা অহুবু তম্বা তাম্বনিনা ছাত্রশিংনা খোম্থোক অমদি লমচৎ-তম্বগী নিয়মদা ওঝাগী মখৌ শাজৎ থয়া নত্তনা অতৈ অতোপ্পা ময়মদদি খুদোংচাবা কংলে। অসিগা লোইননা ওঝাশিং অমদি বিজ্ঞানিকশিংনা খাইদগী কনা লৈবা তমগদবগী শরুক অমদি মতাংশিং অদু লোইনা মাংহনগা অনৌবা মীওইবগী পুন্সিদা চংগদবমখৈতা থনগৎতুনা তম্নরকলে। তম্বা হায়বসিনা মীওইবগী পুক্নিংবু তৎতনা খোগৎলি। ঐখোইগী স্কুলশিংদা তম্বা জ্যামিতি অমদি অঙ্ক অসিনচিংবা কয়ানা ইচম চম্না, তম্বতা ওইবা হায়বদি মীওইবগী রাখন্দা মচুগী কান্নবগী মওং কয়া উৎতবা অসিনা ছাত্রশিংবু তনথহল্লি। অওইবমক খুতম্বী অসি ছাত্রশিংগী পুক্নিংবু ঈথক হৌহল্লনা নামত্তা য়েংলগা তম্বগী মওংনি। মতাং অসিদা ছাত্রশিংনা খাইদগী লুনা থনগদবা মওংদি—করিগুম্বা অপাম্বা থবক অমা তোগে থম্লকপা মতমদা অহানবদা চংগদবা খুৎলাইমচাক হায়না পুক্নিং অনি লোংদনা থনগদবনি। অদু ওইরবতদা ছাত্র অমগী কান্নবা ফংবগা লোইনা পুক্নিংগী ঈথকপু চাওখৎহনগদবনি। অদুগা ওঝাগী পাওজাদা

লেংবা লৈতনা কনয়বা, অমাং-অতা লৈত্রবা বিজ্ঞানিক কয়ানা হোংহনবা ওমগ্রবা অহুগুম্বা প্রকৃতিগী কজবা অহুদগী লৌখোক্রবা হোৎনগদবনি। মহৌশা লাইব্রেরীগী চাওরবা মখোনা অনৌবা কয়াবু ইনৌ নৌনা শেমগৎলকপগা লোইননা ছাত্রশিংবু অয়াম্বা, খৌয়াংবা অমদি চোকথবা, তল্লকপা পুম্নমকপু থোকহনলি। অশংবা উনা কয়াবু কংহনলকপা মতমদা মীওইববুস্ত অয়া-মৈশা কংহল্লি। য়েনিং অনৌবা হুন্দুনা মাগী কজবা পুম্নমক উৎলকপা মতমদস্ত মীওইবগী থংম্মোইদা মুংওাইবগী ঈাথম্বা তাওহনা পুক্নিংবু ঈথক ইয়াং হোৎহনলি। অস্তুম্না নিয়ম নাইনা চৎলবা মতমগী মগুণ থংলবা প্রকৃতিদগী ঐখোই মীওইবনা তমজনকমদি মপান নাইদনা লৈ।

ইচম চম্না লিংখৎপা তকমশং কয়াদা বিজ্ঞানিকশিংগী মিৎ-য়েংস্ত অপুক হাক্না চংদবা অহুগুম্বা মকম কয়াদা ক.ওব. প্রকৃতিগী শক্তিনা মখোনা অমস্তুং শক্তি হাপ্লি। ছত্র কয়ানা চোকথরকপা, তনথয়কপা অমদি য়াথন লমকাংনয়কপা কয়াদা ওঝানা অনৌবা খৌনা পি। অসিগুম্বা ওঝানা ছাত্রশিংবু তুমহনা লৈয়ম্বদগী হৌদোকপি। অহুগা লমকাংলবা য়াথম্নগী লমজিংবস্তু মহাক্না ওই। অওইবমক লমজিং আসনা শোইদ্রবাদ লম্বা তাওরবা কয়ানা অয়াবা অনংবা ফংবা অহুগুম্না ঐখোইগী ছাত্রশিংনা অবাবা ভাবা হায়বা অসি মশানা তাবনি। মথুং-মশা অমদি য়াথন পুম্নমক য়াওনা শিজিন্নখিবগা লোইনম্না অপুনবা ক্লাসকী মওংনা ছাত্রশিংবু মহৈ তম্বদা কগৎহনলি। অদুনা ঐখোইগী তক্কম

স্কুল কয়াবু উত্তবা তম্বা মীদা, উগী মপোৎ-মচৈ অমদি খুৎলাই-নাচিংবা পিত্তনা তম্বীবা, খোংগুবা, স্না শাবা, কি শাবা, চাক থোংবা অসিনচিংবা মচৈ ক্ষয়াদগী থবক্কী মতুংইন্না কান্নবা খুৎলাই পিত্তনা তম্বীবগুন স্কুলদগী পনা তম্বীগগা লোইননা অপুনবা অমা শেম্নবা অত্তগুম্বা কিত্তা অত্ত তম্বীগনি। অপুনবগী শক্তিনা মীওইবনা পাংথোকপা ঙমদবা কয়াত্ত কল্লনা পাংথোকহল্লকপা মতম্নি। অসিগুম্নবা মতম অসিদা অসিগুম্বা অপুনবগী মতেং পাংলিবদি খুৎলাইশিংনি। খন্দুনা য়েংসি—লৌমীনি, লৌউবনি। নোংথক্কা অমুবা লৈচিন পাইরকপদা কুমগী নোং তৌরগনি খনবদা রাখল্লা মুংঙাইবা কাওবদি পোকপা ওয়ে। অত্তগা কালেন্দা যণগী মতুং ইন্দুনা অরা-মুংঙাইগী ঈশৈ শক্কুনা অকনবা লৈকন থরমথৈ ফুকচৌরবদি কাল্লনা কংই থংলে। অত্তগ ইঙা-ইঙেন্দা লৌ লোইশিন্নবা কল্লা থবক শুগনি হায়বস্তু তশেংনা থংলে। মতম পুম্নমক চপ চানা থংলে; অত্তগা লৌ লোকপা অমদি চক্ক-মুংরু লৌশিনবগী মতাংস্ত তশেংনা থংবা ওয়ে। শম্মোক খোইবস্তু হৈরে, লৌ-লিংরা-হুনবগী মতাংস্ত নিংথিনা থংলে। অত্তবু যণগী শেবা অমদি করিগুম্বা অনাবগী মওং থরদং কাওবগী মরমদা থংগ্রে। অত্তনা অসিগুম্নবা লৌমীনা করম্মা লৌমীগী থবক্কা হৈ-শিংলবা হারকপ ওইরা য়াগনি। লৌমীনা মালী খুৎত-খুৎলাই লোইনা থম্মগা মত্ত অমুক্ত কাওবা শিজিন্নদনা, পাক্নবা অরুকপু করম্মা কৌ পাম্মী থাবা য়াম্নবা হোৎনগনি। অস্নমা খুৎত-খুৎলাইগী মতোংক্কা হোৎনবনা থবক্কী মুংঙাইবা অমদি মপুং

ক্ষানবা শেমলকপা মতম অসিদা ঐখোইগী ছাত্রশিংনা মহৈ-মশিং তম্বদা মখোইনা তমলিবা বিদ্যা অত্তুগী কান্নবা উৎপা ঙমদে। অসিনা মরম ওইদুনা মখোইনা খংলুবা অনৌবা বিদ্যা কয়াগী শিজিন্নক্তম খংদনা অয়েম্বা কয়া ওইহনলি। করি করিগুম্বা মতমদসু মতিক চাদবা, রাখন চংহন্দবা তমগদবা মতাং কয়ানা ছাত্রশিংগী রাখনবু তনথহনলি। অত্তুনা অসিগুম্বা মতিক মগুণ য়াওজবা কয়া অসিদগী ছাত্রশিংগী ক্ষিবম, নমুনা অমদি রাখন পুম্নমক্তা তনথরকপা মরমনা ওঝাগী অত্তুগুম্বা মতিক চাওরবা মথৌ অত্তু পাংথোক্কবা হোৎনরকপদা খরা মখৈদি অমাংবা ওইহনলি।

অত্তাং ওইরিবা কয়ানা হরাওনা নোক-খেবা, মনিং মথা তম্বা, খরদং ক্ষংবদা হুংঙাইবা পোকপা, শাংবা অসিনচিংবা অসিনা ঐখেইন্দা পিথোকললকপা প্রকৃতিগী থুদোননি। পুন্নমক অসিনা অত্তাংশিংগী রাখনবু মতম পুন্নমক্তা লমজিলি। অসিগুম্ব অপাম্বা অসিবু থুগাই-ক্ষরবদি মখোইগী খংম্নে ইদা নিংব কাইবগী মুংঙাইতবনা নুংনাংহল্লি। অত্তুবু অত্তুগুম্বা অপাম্বা, অনিংবা কয়াবু নমথবা ঙম্নবা, হৈনিং-শিংনিংবগী রাখন্দা মশাগী রাখনবু পেনহনলবা ছাত্রশিংনা মশাগী মগুণবু অত্তুম হেনগৎহনল হপগা লোইননা ক্লাসতসু ময়াম্না খংনরবা হায়বদি মকোক, মথং ওইবগী মতিকচাবা মনা অত্তু ক্ষংই। অত্তুনা বিজ্ঞানকশিংগী খুতম্বী আসদদি স্কুলশিংনা ছাত্রবু মনিং-মথা তম-হনলি, অত্তুদগী ছাত্রশিংগী প্রকৃতিগী অংগুম্ব মঙং অত্তু ক্ষংবা ঙম্মি।

ছাত্রশিংনা ময়াই ওইরম্বা নৈরবা অত্তুগা মশামউসু মসুং মপান

অনিমক্কা ফনা উরবা অত্থু ওইরবদি তম্বদা মপুক্লিং চংবা ঙম্মী। অত্থুনা য়াৰিবমখৈ মশা, মউ ফনবা হোৎনগদবনি। প্রকৃতিগী মওং অসিদগী কাইনা চৎলবা ছাত্রশিংনা মশাগী অৱাবা ফং-লকপগা লোইননা তম্লিবা অত্রদা তনথক্কপা অমাদ থৱাই য়াওদবগী মওং কয়া উৎলকই। পাঙ্গল য়াওব্রবা মীওইনা করম্বা খবক্তা পুক্লিং চংগনি মসিস্থু অরুবা, খম্নবা য়াবা মতাংনি।

অঙাংশিংনা শান্নবদা মথাই য়াওবদি হায়নিংঙাই লৈতে খনবদা খনমনবা ওইরোই। অসি পুন্নমক অসি অঙাংদা প্রকৃতিনা পিথোকপ্রবা খুদোন অত্থুননি। শান্নবদা ইচেন নাইনা চেম্থহনখিবা থোক্লবদি অকাইবা ওইরকই। খরমখৈ শান্নবফাওবদি মশানা তাবনি। অত্রবু অঙাংদি মতমলৈবা খিবিক্তা শান্নথুনতা লৈনিংই। অত্থুনা অঙাংশিংগী শান্নববু য়াম্না লোয়া অমদি কুপ্না য়েংলগা পুন্সিগী মথৌ কয়ামরুম হাপাচন্নবা লাক্লগদবনি। মরমদি—তুৱেন্না নেমথৱা মাইকৈদা অস্থুম চেম্থবগা অমুকস্থু চিংমচা কয়াগী য়াংখৎলবা মকম কয়াশু ফাওত্নুনা চেল্লি। শান্নবদা প্রকৃতিগী পিথোকলকপা খুদোন ওইবনা, অঙাংশিংগী পাঙ্গল অমদি থৌনা কয়াগী লমজিংলিব। অত্থুস্থু শান্নবা হায়বসিনা ওইবা য়াই। য়ারবা তম্লবা অঙাং কয়ানা মথন মথনগী থুংশান্নদা অমুক অমুক অনৌবা পাঙ্গল লোয়কই। অত্থুনা—"Play gives scope for expression for the herd instinct of pugnacity and gives a chance for the sublimation of those instincts" *Ryburn* অস্থুম্না হায়রম্মী। অত্থুনা মীওইবগী

রাখল্লা মহৈহ্তগী মপাল্লা, হোৎনবগা লোইননা থুম্মোইদা অনৌবা কয়াগী ফজবনা অনৌবমক্তা হৌগৎলরবা, পুক্নিংবু রায়কলগা শাল্লনবা হোৎনগদবনি।

অগাংশিংনা রাহুং পাওথুম কয়াদা অপাম্বা পোকপদগী তশেংনা রাহুংদগী অপাম্বা পোক্নুনা হুংলকপদগী খংঙকপনা হেল্লি। "মীওইবা হায়বসি অহানবদা প্রকৃতিগী অগাং ওইরম্মী। মথংদা মীওইবনা গুণগী আপকপা মচাক থরা ফংলকই। অদুগা লোইননা ঈশ্বরগুম গুণ খিবিক্তি মপু ওইরকই।" অগাং ওই-রিবা কয়াবু মহৈ মশিং তম্বীবগী মতাংনা মহাক্তা অমাং-অতা লৈত্রবা মিংচৎ অদুতগীনি থনবদা লানলোই। বিজ্ঞানিকশিংগী মওংদা মীওইবগী রাখল্লা চাওখৎলকপদি পুক্নিংদা ফাওরকপা অদুনা লমজিংবদগীনি হায়নরি। অদুগা হৈরকপা হায়বসিনা মীওইবগী রাখল্লা মমি তাহন্দুনা থম্নবা অদুগুম্বা মতমদনি। অদুনা—Unless you can get up an interest in a system of activities, you can accomplish nothing init,

*Wood worth*

অস্নুম্না হায়রম্মী। ছাত্রশিংনা ওঝাগী শেম্নবা পাওথুম কয়াবু তম্বগী মতাংদা ফংলকই। অসিগুম্নবা অশেম্বা পাওথুম কয়াবু পারুবদগী মখোইগী রাখল্লা ওশাইগী পাওথুম পিথ্রিবা ওঝাগী শক্তম অদু ফাওবা নিংশিংবা ওয়কই। অদুনা ওঝাগী অশেম্বা পাওথুমনা ছাত্রশিংগী নিংশিংনবগী পাঙ্গল হেনগৎহনলকই। অসিগা লোইননা পুক্নিং চংবস্নু হেনলকই।

নিংশিংবা অমদি পুক্লিং চংনবা হোৎনবদা মুংঙাইরবা রারিগুম নত্রগা ড্রামাগী মওংগুম্বা খুতম্বীনা অঙাংশিংগী থম্মোইবু তম্বগী মাইকৈবা চিংশিন্নবা বিজ্ঞানিকশিংনা হোৎনরি। অঙাংগী খংনবগী পাঙ্গল য়াম্না কল্লি। অদুনা খংখিনবতা হোৎনগদবনি।

ছাত্রশিংনা ক্লাসতা কংবা জ্ঞানদি অককনবগী মওং লৈতে। ক্লাসতা ওঝানা তাকলকপা জ্ঞানগী পরেংশিং অদুদি অচৌবা পাত্র অমদগী মচিন খুবা, লাওবা মায়দবা অদুগুম্বা লিক্লাশিং অদুদা হৈথরকপা অদুগুম্বনি। ছত্রশিংনা মথুন লাওবা লিক্লিগী মওং ওইরুরগা খরা হেন্না কংবা, অথুবা ওইরগনা খরমখৈদা কংবা অসিতনি। অদুগা মাংখিবা হায়বদি লৈবাক্তা অদুম হৈদোকখিবনা কোঙ্গাইনি।

হৌখিবা হৈনরবা কয়ানা খবক তৌরকপদা অরাবা কয়া পোক্তে। অদুগা হৌজিক হৌজিক কান্নববা, হৈনব. অদুনা তুংগী লম্বীদমু লমজিং ওই হায়না খনবদা থোইনা খনমনবা ওইরোই। অদুনা করিগুম্বা থবক অমগীদমক্তা ঐখোইনা হান্না থৌরাং তৌদুনা মহুবু হৈনরবা থবক অমা ওইরকবা অহানবদা হোৎনগদবনি। থৌরাং তৌদুনা খম্বা হায়বসি অশংবা পুন্সিগী লমজিংনবগীদমক্তা স্কুলশিংদা থম্বা অমনি। অদুনা মাসগী মতেংনা থবক কয়াবু মীওইবগী চাওখৎলকপগী মতাংদা মতেং পাংদুনা মপুং ফাহল্লি। অরুবা পাংথোকপদা লুনা থোকলবা কয়াম্মু থৌরাংগী মপাম্না লাইনা পাংথোকপা ঙম্মী। অওইবমক থৌরাং হায়বসি য়াওদ্রবদি করিগুম্বা অমা পাংথোকপা হায়বসি

অরুবা অমনি। অদুবু থৌরাংগী মপান্না মীওইবনা মশা পানবা উচেক্কুম নোংথক্কো কোইপাই পাইবা ফাওবা উবা ফংলি। তম্বা হায়বসি ঐখোই মীওইববু ময়াই কাহনবা, লমজিংবা, অচুম্বা চৎহন্নবা হোৎনরকপা অমম্নুং মহৈবু অরাংবা থাক্তা থম্বা অসিনচিংবা অসিত্তগীনি। ওঝানা ছাত্রশিংবু লমজিংবনা অচুম্বা মাইকৈদা অচুম্বা থবক পাংথোক্নবা হোৎনবদা ময়াই কাহনবতনি। মহৈ হায়বসি হৈনথ্রবা মতুংদতা থংলকপনি। অদুগা তম্বা হায়বসিনা অনৌবা হৈনরনা থবক অদুতবু তিনশিন্নবা হোৎনবা নত্তে' অদুগা হান্না চৎনথ্রবা, হৈনথ্রবা থবক কযাদুস্তু হাপচিনবা নত্তে, অদুম ওইনমক অনৌবা অমদি অন্নিবা কয়াম্নু নৈনদুনা অনৌবা মওংগী হৈনরবা থবক ওইনা হোৎনরকপনা হৌজিক্কি অনৌবা মওংগী থুতম্বী ওইরিবনি। অদুনা ওঝা ওইবশিংগী মওংদা অস্নুম্না হায়রম্মী—"In a real sense a teachers may be compared like a conjurer who surprises his audience by keeping ten bells in the

*N. Catty*

air at once. The teacher has to encourage fourty minds to think of the same object during a given time, minds that have different previous knoweledge, different interests and work at different rates. And as the conjurer must be aware of each the balls so must the teacher be aware

of each of the studens, now giving a word of special help to one, now asking the question that will make another try it think out a difficulty.

It should alarming, but as a matter of fact if the lesson is carefully prepared, suitable to the class and given in a business like and cheerful way, the average child in the class attends."

অহুগা তম্বগী মওংনা ঐখোইগী খ্বাইদগী খুদোংচাবা পুরক্নবনি।

অঙাংশিংদা নমহুনা কয়িগুম্বা মহৈগী মচাং অমকাওবা তম্বীরোইদবনি। মরমদি নমহুনা তম্বীখিবা অহুগুম্বা মহৈ অহুগী মপু মহাক্না ওইবা ঙম্মোই। অহুদগী ঐখোইনা শিনকম ওম্বগী অমাংবা অহুস্তু উবা ফংলক্কনি। অহুনা অঙাংশিংদা খেমহুনা, নৌহুনা তৌরগা মখোইগী রাখনবু লম্বী অহুদা খরা মখৈ চিংশিনবীরগা খংনিংবগী রাখল্লা মুংঙাইবা পোকললকলবা মতমদা অহুগুম্বা মহৈ অহু তম্বীগনি। ওঝানা অকবা অমদি কত্তবা মওং অনিমক্তা ছত্রশিংবু লমজিংবীবা য়াই। পুম্নমক ছাত্র অহুগা ওঝা অহুগা লৈনরিবা মরি অহুগী মখা পোনবনি। অহুনা চাওখৎলবা সংজ্ঞানিকশিংনা ছাত্রশিংদা মাংগদবা হায়বদি কংলোইদবা নিয়মশিংবু নমথরগা অনৌবা জ্ঞানগী পরেংতনা শাগ্রবা নিয়মশিংনা ওঝাগী মথৌ পাংথোক্নবা হোৎনবদা মতেং কয়া পাংলি। নিয়ম অসিগী মখাদা ছাত্রশিংনা মানা মানা পাম্বা খরম্থ অককনবা মওংদা তৌনবা হোৎনরি।

অশেংবা ওঝা অমগী অককনবা নিয়মদি খুদক্তা মানা ছাত্রশিংগী মওংবু কজনা খংগদবনি। অদুগা নানা হেক তাবগা উবা ওম্বগী শক্তি অদুস্থু লৈগদবনি। য়াখয়া ছাত্রশিংবু খংবা ওমগদবনি। ছাত্রশিংদি থবক তৌবদা অতনবা পোকপা মশানা তাবনি। মখোইগী খ্বাইদগী পান্নবা থবক্তি শান্নবনি। মরুওইবা ছাত্রশিংদা চংদবা য়াদবা অদুস্থু শান্নবনি। খ্বাইদগী হেন্না লুবা অমদি শাথিবা শান্নবগী মওংনি। শান্নবনা অরাম খৌরাংবদগী হেন্না ময়াই কল্লি। লাইয়েকপনা মাগী তুরি অদু পাইহনা কজবা কয়াবু নৌনা শেমগৎনবা হোৎনয়কপদা চাবা থকপগী খৌরাংবনা মশাদা করিগুম্বা অকাইবা পিবা ওমদে। শোল্লবা অনাবা কয়ানা চাবা থকপা থাদোক্কনা তাসকী মুংঙাইবা য়াখন্দা তাওহনা অহিং মুংথিন অনিমক অনাবগী নাহেবা অদু মপুং ফানা থাদোকপা ওম্মী। অদুগা শান্নবনা লোইবগা অনাবগী মৈশা খাংবা ওমলক্কহনা অরা তেংথালোন শক্কনা পুন্সিবু মিকুপকীনি খল্লকই।

শান্নবদা পুক্নিং মুংঙাইনা পাংথোকপা ওম্নবা অদুগা অহাংবা মতম্বু শান্নবনা শিনবা ওম্নবা অদুগুম্বা নিপা নত্রগা মুপীদু মখো মশক খংলবনি। চাওখৎলবা সমাজদা শান্নবগী মওংদি মখন মখা য়াম্মি। করিগুম্বা থবক অমা হৈনথ্রবা, অদু ওইরবদি শান্ন-শান্ননা মতুংদা থবক কয়ামুক পাংথোকপা য়াই। ছাত্রশিংনা শান্ন শান্ননা ইবা, পাবা, পুম্নমকস্থু পাংথোকপা য়াই। য়াখন অসিনা লমজিংলবা ছাত্র অহুদি শোইদনা সমাজনা খংনয়বা হায়বদি

থাগৎনিংঙাই ওইষা অমা মাগী পুন্সিদা ওইরকনি খনবদা খনমনবা ওইরোই। ফাওরম্বা নোংচুপ লোমগী বিজ্ঞানিক অমনা অস্থুম হায়রম্মী—"Give me a child of twelve who knows nothing and at fifteen I shall return him to you knowing as must as those who have been under instruction since infancy with the difference that your pupils only knows things by heart, while mine knows how to use his knowledge."

*Rousseau*

অদুগা ওঝা ওইবশিংগী খ্বাইদগী লুবা ফিবমদি ছাত্রশিংনা তাকদবনি। ওঝা অমা ওইরবদি—"তম্বীগদবা ম তাং অদুগী য়ামদ্রবদা মহাক্না মপু ওইগদবনি; তম্বীদ্রিবৈদা অনৌবা জ্ঞান শিজিন্নদুনা হন্না শেম শাদুনা থমগদবনি। অচুম্বা চৎনবা হোৎনগদবা ছাত্রশিংদা, লৌনম্বা কয়ানা চিরোনথুম তোক্করোই হায়না অচেৎপা রাশক লোগদবনি।" অদুগুম্ব ওঝাদু তশেংনা সমাজনা সনমান তৌনবা য়ারবা ওঝানি।

---

**লোইরবা**